# নিংঙোল

(অহুমশুবা পন্দুপ)

ইজবা :

এম, রামচরণ সিংহ

ওরিয়েণ্টেল বুক ডিপো
পাউনা বাজার, ইম্ফাল, মণিপুর।

মমল রুপা ৩.৭৫

# বাহৈ থরদং

মনিপুরী সাহিত্য প্রেমীশিংনা উৎসাহ পীবিরকপদগী ঐগী "নিঙোল" হায়বা নাটক অসিগী অহুম শুবা পন্দুপ কাওবা চথবা ঙমজরি। নিঙোল অহানবা পন্দুপ B. A. গী elective Subject তা তম্লনবা University of Gouhati না লৌশিনবীবা অসি কবিস্নু থঙজত্রবা রাখল শেল্লবা ঐগী ইকমদা অনৌবা উৎসাহ পীনবীবনি। অয়োইবদা ঐনা হায়জনীংবদি "নিঙোল" হায়বা ড্রামা অসি মতৌ কয়ম্না অহানবা, অনিশুবা অমসুং অহুমশুবা পন্দুপ চথরক্লিবা হায়বহ সাহিত্য প্রেমীশিংনা অমুক্তং মিংয়েং চংবীরবদি লাইরিক অসিগী মরিশুবা পন্দুপ কাওবা ইজবগী মঙাল থরদং ফংজগনি হায়না আশা তৌজরি।

লাইরিক লেংবা

# লিলাদা চংগদবা মীশক

## নুপা

বসন্ত- পোলিশ ইন্সপেক্টর ওইরম্বদগী তোক্তুনা ঠিকাদার ওইহনা লেপ্লরুবা, চহি ৬০ রোম শুরবা

রূপবান—লৈখিত্রবা হেমন্তগী মচা চহি ২৮ শুরবা B.A., L L.B.

সত্যবান—বসন্তগী মচা— চহি ২৫ শুরবা ; ওকর্দা

কুমার— পোলিশ ইন্সপেক্টর

বিধু— ব্রজমণি ডাক্তরগীদা লৈরম্বা; হৌজিকনা বসন্তগীদা লৈরবা

চন্দ্রহাস—লৌউবা নিপা অমা, চহি ৫০ শুরবা।

অসিনচিংবা—

## নুপী

রজনী— লৈখিত্রবা হেমন্তগী নুপী, চহি ৫০ হেল্লবী,

সরোজিনী—বসন্তগী নুপী, চহি ৪৮ শুরবী;

আনন্দী— কুমারগী নুপী, চহি ৪০ শুরবী;

মোহিনী—বসন্তগী মচল, চহি ৪৭ শুরবী;

শ্যামা— আনন্দীগী মচানুপী লৈশাবী।

———

# নিঙোল

## তশুবা পন্দুপ



## অহানবা শরুক

### ১বা উৎপা

### রজনিগী কা

( হুমিৎ তারমদাইগী হৌনবা কা অহু ইমম মন্মী ; থাংমৈ থানদে ; টেবীল মচা অমগী মথকতা লেমটোন অমা লৈ ; হিদান মচা অমদা রজনি মশা ঙমদহুনা হিপহুনা লৈরম্মী ; মতম অসিদা রূপবান মথুৎতা লাইরিক থরা পায়হনা চংঙকই ; লাইরিক অহু টেবীল মথক্তা থম্মী । )

রজনি— কনানো— ? রূপরা ?

রূপবান— মানি ইমা । কৈদোরে ইমা, হিপহুনা লৈরম্লিবমু ?

রজনি— ঙসাই হুংথিলদগী কোক অসি চিকথিকনা··· ।

রূপবান— করি হায়বা ?

( চংশিল্লকুনা মমাগী ময়াইবক্কা পায়হনা য়েংঙি )

রজনি— হুমিৎ তাগদোরবরা ?

রূপবান— উম্, মমশিল্লকএ ।

রজনি— মোনময়াদা মৈথেং লৈবানি, থাংমৈ অহ্ থাংগৎলু। (মোন ময়াদগী মৈথেং লৌরগা লেমটোন থাংগৎ থাংগৎনা) ইমাগী হকচাং অহ্ শাবগী ইনিন থরা লৈরে।

রজনি— হোইনে ইমাসু হকচাং অসি খীরুম খীরুম তৌবগুম তু অসি হেক হেক চুংঙি।

রূপবান— ওসাইনা হকচাং অহ্ খীরুম খীরুম তৌই হায়রবদি তুম্মীননা অসুম লৈথো কর্মমত্রবস্থ খুড়া বিধুর কনানো অমা থান্না নিঃথমচনবগী গুলি অহ্ হুকান অমদগী কোক লৈহল্লুরগা চাশিল্লস্বা য়াদবরা?

রজনি— ওহাক্তং হিল্লগা ফগদোঁবোই নীংলুরে।

রূপবান— অহ্ ওইরবস্থ··· ।

রজনি— অহ্গীসু মথক্তা ওসাই সুংথিলদগী ইমাসু ওমদহুনা ইমুংগী থবক ইংথাং অমত্তা য়াওদনা হিপহুনা লৈরেদো নংগী খুড়া বিধুসু ইমুং মহুংগী অমা অমা নোম্বা খোৎপদা মিৎকুপ মুক্ত শংবা লৈতে; ইমুংগী নোম্ব খোৎপহু তোকখো. হিদাক অমত্তং লৈবিরু হায়বদা ইমাবু কনানা সুংশিবীগনি অহুনা নং হল্লকপা ওইহুনা লৈরম্লিবনি—। কেদোয়ে, সুংতিগীদগী ওসি নংমা অসুক য়াম্না খেঙকলিবদি—?

রূপবান— শামা লাইলিক তম্বীবা লোইরপা চৎলগে হায়রহুনা তৌরিঙৈদা খুড়াইবুঙো কুমার আফিসতগী কুম্মকহুনা

চা থক্‌খো হায়ত্থনা উহাক অমুক পনথরকলে: অত্থদগী বাজারদা হাইগৎলগা খবর কাগজ অমুক লৌররবা— — অত্থনি ইমা— ও!

রজনি— কৈদোরে?

( রূপবান কুরিৎখাও হুমত্থনা শেল লৌথোক্লগা )

রূপবান-- শে — ইমা, শেল অসি লৌশিল্লু।

রজনি—· শেল! কদাইদগীনো?

রূপবান— ঐনা শ্যামা লাইরিক তম্বীরক্লিবসি ভসি থা অমা ফারে। খুভাইবুঙো কুমারনা লুপা ৪০ থক পীরকই—। শে, লুপা ৪০ নি লৌশিল্লু।

রজনি— নত্তে— নত্তে, লুপা অত্থ ঐঙোন্দা পীগনু।

রূপবান— করিগীনো ইমা?

রজনি— নংগী কাকা বসন্তদা পীগদবনি; নংনা থোকলকপা পূম্নমক করিমত্তা কায়থোকতনা হান্না নংগী কাকাদা শিন্নগদবনি। নংনা বি, এ পাশ তৌরক্লিবা অমদি শাংলবা মতম চহি কুনমুকসি ইমা-ইচানা লেপ্লক-লিবসি নংগী কাকাগী মপাল ভাংলকপনিদো। ইমা ইচাগী ফিজেৎ চাকচাদগী পূম্নমক নংগী কাকানা হোৎনবীরক্লিবনিদো—। মীওইমা পোক্লগা মীগী তৌ-বীমল থংদবা চুমদে নংগী কাকাসিগী মপালদগী নপাকদ চাউরক্লমা নহৈ নশিং হৈরক্লগা থোকলকপা শেলথুম অত্থ নংগী কাকাদা শিন্নত্রবদি কাকাগী পূক্নীংদা করি খনখিগনি।

রূপবান— অহবু ইমানা শিন্নবদি করি কায়বগে ?

রজনি— কায়দে ; রাবু হায়বনি। ইমানা ঙসি নঙোন্দা হায়রিবা রাশিং অসি মতম পূম্বদা নপূকতা থমগদবনি।

রূপবান— মসিদগী লুপা অমত্তং লোথোক্লগা ইমাগী গুলি লৈরুগে অরেম্বহ কাকাদা পীশিনথরো।

রজনি— নত্তে, পৈসা অমা কাওবা লোথোকপা য়াদে,
( মতম অসিদা বিধু চংলকই )
নংনা ইমাগী গুলি লৈরুগে হায়রগা ইমাগী খুয়াগী মোনপাক মথাদা শেল অচোইবা মথাইমুক লৈরমগনি মহুনা লৈরুচো।

বিধু— নত্তে, ইবেম্মবু কৈদৌরবগে ?

রজনি— খুড়া, ঙসাই মুংথিলদগী কোক অসি চিকমনখিহনা হিপতুনা লৈরে— হকচাং অসিসু থীরুম থীরুম তৌরে। নঙনা হায়বদি হকচাং শাগৎপগী ইনিন শর লৈরে হায়—।

বিধু— অহগা ঙসাইনা খুড়াদা হায়বদি করি তৌই ইবেম্মা ?

রজনি— ঐনগা ঙমদহনা হিপ্তুনা লৈরে, খুড়ানগা ইমুং মসুংগী থবক নোম্বদা ঙহাক্তসু লৈতাদরে অহদা ··· ··· ।

বিধু— করি রানো— থবক ইংথাং নোমলি, শংনদে হায়ধুনসু ঙমদববু হায়নদবা য়েংনদবা য়াবরা ? থবকনা লুবরা ? নত্তে, ইবেম্মনা ঙমদহনা হিপ্তুনা লৈরে হায়বা খংলবমক্তদা ননাও ইরেম্মা সরোজিনি মিংকুপমুক্তা য়োনা চংঙকুনা হংঙমদরা ?

রজনি— ঐ ঙমদে হায়বা খঙ্দবনরা করিনো চংঙক্রমদে খুড়া।
( মতম অসিদা সরোজিনী চঙ্লকই )

বিধু— করিগী খঙ্দগবনো ইমুং অমদা লৈমিন্নরিববু। খঙ্না খঙনা খঙ্শিন্নম্রিবনি— উনা-উনা উশিন্নম্রিবনি। ননাও ইবেম্মা সরোগী পূকচেলবু……। পিশক-পিকলিঙৈদগী ইনমদা চাউরক্লিবনি, পূকচেল অমদি ইচুম চুমদবনি।

সরোজিনী—করিনো খুড়া, নপুকনা ঐনা থলহল্লগা ঐগী ইন্না ঙাংলমলিবরা? হায়বিগে খুড়া, অহল থংদা মীন্না ঙাংনবা পামগন্থ চোপচনি।

বিধু— ইবেম্মা, খুড়ানা হায়বদি অসিনিদা নচেবেম্মা রজনি অসি ঙসাই মুংথিন্দগী ঙমদহুনা হিগ্গুনা লৈরে হায়।

সরোজিনী—করি, অহুগীরা? ঐখোয়গী ইমুংগী থবক ইথাঙ্ নোম্বদা মায়-মিৎ ফাওবা পাঙ্বা ঙমজদরে। ইমুং-সিদা কনা ঙম্মী ঙমদে হায়বহু য়েংনবা মতমকা লৈজদে; অহুগীরনে খুড়ানা চিরোল মখোঙ্ পান্দুনা মফমসিদা ঐবু হন্দুনা ঙাংলমলিববু?

রজনি— নত্তে নত্তে ইবেম্মা, খুড়াসিনা নংগী মন্নমদা থোই-দোকপা অকায়বা হায়দেদা।

সরোজিনী—করিনো ইচেবেম্মনা কনথৎপিরিবহুবু, মীচং শেন্নী-ন্নিবরনে? অহলথংদা মীন্না ঙাংনবা মতোইনা পাম্নবদি চোপ্পা ইকাইবা নংগদবতনি।

বিধু— খুড়ানা নংবু হুন্দুনা পংঙাং ঙাংবগী য়া নত্তেদা, নচে-বেম্মনা ঙমদত্তনা লৈবসি নহাকনা হংবা থোৎপা তৌরমদবোইরে হায়ত্তনা মীওইবনা হায়রবা য়াবা য়া অমা অনিদং হায়বতনি। মত্তুস্ত নমাংমক্তুদা খঙ্শস্ত তাসত্ত হায়ত্তনা হায়খিবস্ত নত্তে, নতুংনি হায়তুনা ঙাংলূবনি। নিংথৌদস্ত মতুংদা মপা চৈরিদনা।

সরোজিনী—আঁ— মত্তরা? অত্তগা নিংথৌগী মনাকোং ফক্লাংদা থেংলি হায়বসিদি কাউবরা? ঙসিদি ঙসি ওইথরে মতুং অসিদা ঐগী ইরা ইপাউকা ঙাংঙম্বা থোক্লবদি নথজাই অত্তদা থুপাকনা থাগদবনি।

বিধু— (হায়ফেৎ মুঙাইতবা মীনোক নোক্লগা)
সরো, নহাক্লা অত্তগুম্বা থোলবু ঙসি ঐঙোন্দা থাযকো!

সরোজিনী—নচৎ অত্তনা থাবনিনা— নচৎ চুমত্রবদি খুড়া, অসি-দগী হেন্না অচোপ্পা অথিবা কয়া তাবা ফংলকখিগনি; মত্ত খঙনা চৎলু।

বিধু— মীরোন খঙ্ঙকভৈদগী নখোয়গী ইমুংদা লৈরকপদা লৈখিত্রবা পাবুংমক্লা ঙসিগী নহাকী খোল অসিগুম্বদি অমুক্তুস্ত শীজিন্নখিদ্রি।

সরোজিনী—উম, চুম্মী। লৈখিত্রবা পাবুং অত্তদি নত্তবনিনা লৈমিন্নবদা থরা য়ারগনি।

বিধু— কা অসি ভোক্লসি। ইবেম্মা রজনি, করি ঙলিনে খুড়া লৈজরুগে।

রজনি— হা— খুড়া লৈবীরুগেরা ?

সরোজিনী—করিগী গুলিনো ? চৎপা য়াদে ; ঐস্নু কৈখেলদা ইনশাং-নাপী, ঙা-চাক লৈবা চৎকদৌরি। শীং-য়েন, ঈশিং-মাইশিংকা য়েংঙুচো।

রজনি— খুড়া, নশুবু লৈহল্লুরগে ইনাওনা হায়রিবা থবক ই থাং অতু য়েংশিনবীরুরো।

( বসন্ত চংলকই )

সরোজিনী—ইমুংগী অহোবা অরাং-অপা পূম্নমক অসি য়েংশিনবীবা উশিনবীবদি কনানস্নু য়াওদবনিনা ইমুংগী মী পূম্নমক্না চারি-থক্লিবা পূম্নমক অসি স্বর্গদগী লেম্না তারকপগুম থনগ্রমাল্লে।

বসন্ত— করি তৌরবগে ?

সরোজিনী—করি ওইগদগে, ইমুংগী থবক ইথাং তৌবদা খুদোন-বীনা থিন-থিন্দুনা ভাকত্রিবমখৈ মশা-মশানা থঙ্না তৌনদবগী ঙাঙনরম্লিবনি।

রূপ— ইপু, তৌগদবা থবক তৌবীরুরো।

( বিধু মথল্লাই হুন্ডাইতনা থোকখিবা )

সরোজিনী—নোম্বা-শূবনদি য়ামদা চাবনদি য়াম— ইমুং অসি করম্নবু পানগদবনো থঙ্ত্রে।

( থোকখিবা )

বসন্ত— ইতৈমা ঙমত্রবস্না হিগুনা লৈরল্লিববু ?

রজনি— অতুক য়াম্না কম্না ঙমদবা নত্তে— ঙসাই হুংখিজদগী

কোক অসি চিক্কখিবনা কোক অসি শুকহাই হাইগৎপা য়াদে হকচাং অসিসু থীরুম-থীরুম তৌই।

বসন্ত— করিনো হায়রিবসিবু ··· ···।
(চঙ্‌শিন্দুনা রজনিগী মশা পায়থুনা য়েংলগা)
ইতৈমগী হকচাং অসিদি লাইহৌগী ইনিন থরা-থরা লৈরে; রূপবান—।

রূপবান— কাকা—।

বসন্ত— নং শুহাক্তুং চেল্লুচো (ফুরিৎথাউদগী লুপা মণ্ডা লৌ-থোক্লগা)
শে— অসি থুগায়থুনা কারমাসিদা হংলগা হকচাং শাগৎপা ফননবা গুলি পীয়ু হায়য়ু।

রজনি— লুপা মণ্ডাথু কায়থোকত্রসু ইতৈমগী অচোইবা থরা লৈ মসিনা অস্রুম লৈহল্লুগে য়াগনি।

বসন্ত— করিগীনোনে ইতৈমা। শে— রূপ, লুপা মণ্ডাসে পুথনা চৎলু। (চঙ্‌শিন্দুনা রূপবান্দা পীবা) ঙসি ঙুংদাংসি গুলি থরা চাহনা য়েংলগা কন্ত-কল্লগা হয়েং অয়ুক ডাক্তর কৌ-খোৎথুনা য়েংহনবা হায়বদ্নি।

রজনি— মরাইনা ফজখিগনিদা ইবুঙো।

বসন্ত— ঐসু অদুম্না খল্লি ইতৈমা। হকচাং অদু অদুক য়াম্না কয়া পংশা-শাবদি নত্তে।

রূপবান— কাকা—।

বসন্ত— করিনো ?

রূপবান— ( ফুরিৎখাওদগী লুপা ৪০ লৌথোক্লগা )
লুপা অসি অমুক্তা লৌশিনবীয়ু, ঐন্না ফংঙকপনি।

বসন্ত— ( হরাওনা ) লুপা ! নংনা ফংঙকপা। ও !—
( নোকুনা ) নংনা কুমার বাবুগী মচান্নুপী শ্যামাবু
লাইরিক তম্বী হায়বত্তুগীরা ?

রূপবান— মানি কাকা,— ঙসিগী থানা থা অমা ক্বারে অত্থনা
খুড়াইবুঙো কুমারনা পীরকপা লুপা নিকুনি অসি—
অমুক্তা লৌশিনবীয়ু।

বসন্ত— ( নোকুনা ) করিগী ঐঙোন্দা পীরিবা ? নংনা ফংজ-
রকপা অত্থ নরন্নাই ওইনা থমজিনজ্রৌ। নংনা শেৎ-
চানিংবা নফি-নরোল অমা লৈজৌ।

রজনি— নত্তে ইবুঙো লুপাদো নহাক লৌশিল্লু ; শেৎন-চানবা
পুন্নমক নহাক্না নচাগীদমক্তা হোৎনবিন্নি— মহাকনা
করি অমুক মরন্নাই লৈহনা শেংকদগে ?

রূপবান— অচুম্বনি কাকা ইমানা হায়রিবসি।

রজনি— হৌজিক মহাক্না মরন্নাই করি তানফম থোকপগে ?
মহাক্না ফংঙকপা পুন্নমক নঙোন্দা শিন্নগদবনি, মহাক্না
ঙসি বি, এ পাশ তৌত্থনা মী অমা ওইরক্লিবসি কনাগী
মপান্দগীনো, নংগী নপালনা নৎত্রা ?

বসন্ত— মহুন্না ইতৈমা ? মহুগীদমক্তা ইতৈমনা ইচা রূপবু ঐগী
লমন শিংহনবা পামলিবরা ?

রজনি— নত্তে ইবুঙো মহুগী/ম্না নত্তে ; অমত্তা ওইবগী রাফম্নি

ইতৈমনা হায়বদি। নংগী তামো লৈরিঙৈদগী হৌর-
তুনা ঙসি ফাওবা পুন্সিগী শাংলবা মতম চহি ২০মুক
অসি নংগী নপাল তাংহনা নরুমদা থুপতুবা ইমা-ইচানা
লেল্লক্লে— অদুগা লেমহৌবা পুন্সি অসিস্মু নংগী নপাল
তাংলোই হায়নিংঙাই লৈতে---। মসিদা তাল্লকপা
ফংঙকপা পূম্ননক নঙোন্দা শিন্নদনা কনাদা শিন্নরু-
গনি।

বসন্ত— ঐনা ইতৈমা অমম্মুং রূপগীদমক্তা ঙসি ফাওবদা
হোৎনজররক্লিবা অসিগীদমক্তদি করিমত্তা থলবীরুগদ্রু।
ইতৈমবু ঐনা য়েংজবা ঙমলিবা অমদি ইতৈমগী সেবা
ফংজরিবসি ঐগী লাইবক ফবা নৎত্রা? ঈশ্বরগী
থৌজাল ফংলবদি পুন্সিচুপ্পা ইতৈমগী সেবা তৌবা
ফংজবা অসিনি ঐগী লাইনিংদি।

রজনি— নংনদি ইতৈমবু হুংশিত্তনা হায়রিবা অত্তুদা --- ---।

বসন্ত— নহাক অসি ইতৈমা ওইরবস্মু ঐগীদি ইমা শক্রবীনি।
মচা ওইবনা মপাঙ্গল চাউরক্লগা মমা মপা ওইবগী
সেবা তৌবা অসিবু মচাগী তৌফম থোকপা মথৌ
নৎত্রা?

রজনি— মত্তু ফনা ওইত্তনস্মু ইমা-ইচানা পুন্সিদা নংগী নফমদা
তৌবীমল থঙদবা অমা ওইবদি পামদে।

বসন্ত— ইতৈমা, ইশাদগী হেন্না নক্লা থনজররক্লগা ইতৈমগী
পুক্লিং অসিগা ওম্নোক্লা থাপ্নখ্রেদা। ঐনা রূপবানবু

চাউনননবা য়োকচরকপা, মহাকপু বি, এ পাশ ভৌহনবা অসিদি মতম অমদা মহাক্কী মপাল চাবা কংগনি হায়বগী আশাদা ঐনা হোৎনজয়কপা নত্তে— মচা অমগীদমক্তা মপা·মতোল ওইবগী তৌফম থোকপা ইথৌ অত্থ পাংথোকপতনি।

রজনি— অত্থ ওইরবস্থ ইবুঙো, নহাক্কা তৌজবা ধর্ম্ম অদো কৈদৌঙ্গুংদস্থ লেমনা মাংলোই। ঈশ্বরনা শোইদনা মত্তগী মহৈ পীরক্কনি।

রূপবান— কাকা, অমা খঙদে অমা খঙদে, পুক্সিদা ইহান হাম্রা ঐনা থোকচরকপা শেল অসিদি কাকানা লৌশিনবীয়ু নংত্রবদি—।

বসন্ত— নংত্রবদি নংগী নথন্নাই অত্থ য়ান্না ত্তুঙাইরয়োই অসিরা— ?

রূপবান— ভাকপিরিবত্থ অচুম্বনি।

বসন্ত— অত্থদি কদাই— কদাই—।

( রূপবাননা লুপাত্থ বসন্তদা পীবা ; বসন্তনা লুপাত্থ হন্নাওনা য়েংলগা— মত্থদগী লুপা ভন্নাদং লৌয়গা )

রূপ, নংনা ত্তুঙাইরোই হায়রবন্নিনা কাকা লুপা ভন্নাদং চা থক্লগে— অরেম্বা লুপা ৩০ অসি নং লৌশিনজয়ো—। শে,— শেনে রূপ !

রূপবান - কাকা লোইনা লৌশিনবীয়ো—।

বসন্ত— অঙাওবসিদি—।

( ফম্মম্বদগী হৌগম্তুনা ) ইতৈমা লুপা ৩০ অসি থমজ্জিনবীয়্ ।

( রজনিগী মোন ময়াদা লুপাতু থম্বা )

রজনি— করিনোনে ইবুঙো ... ... ।

বসন্ত— থমজ্জিনবীয়্— থমজ্জিনবীয়্— । চৎলো, রূপ হুমিৎ তাশিল্লক্লে ইমাগী গুলি হায়বতু লৈরুক্লো

( রূপবান থোকথিবা )

ইতৈমা— ।

রজনি— করি হায়গে— ?

বসন্ত— ইসে— রূপবানতু .... ... ।

রজনি— কৈদোরবগে ?

বসন্ত— করিস্নু তৌদে,— মা অমা হংগে তৌবনি ফাউথোকহোরে । য়েংঙোই ইতৈমা, সরোগী ফজদবা মাঙাং শাঙাং তারগা পুক্লিংদা মারোবা অমদি শাউবিবা তৌবীগন্নু— মাথল্ থেনবী— অঙাওবীনি খন্দুনা মাগী মরাল লৌবীগন্নু ।

রজনি— করি তৌরবগে সরোদি থোইদোকপা অকাইবা মা হায়দে ; ইমুং মচুংগী থবক ইথাং নোম্বদা মাতুনা থরা ইশৌ লাংঙি হায়বতনি— মতুদি হৌনশানি ।

বসন্ত— ইতৈমনা ফনা হায়তুনন্নু ঐগীস্নু নাকোং পাল্লি । পূম্নমক তারিবনি, উরিবনি । ইতৈমদি পুকচেল ফাবা ওম্বনিনা কৈদো— রূপবাননা অঙাং ওইরিঙৈদদি

ফরম্মীদো হৌজিক্তি মহাকস্থু পাখং ফারক্লবনিনা মশাগী অফ-ফত্তা রাখল খনবা ঙমলক্লেদো, ইকাইবা খঙলক্লেদো, মসিদা মন্দোনমচা সরোগী রাঙাং শাঙাং অসি ভাবদা ইমুং অসি মচেৎ-মচেং তারক্কদরা হায়বসিগী রাখলনা ঐগী অরাবা অমা ওইরক্লে ।

রজনি—হেঃ ইনাওসিদি খল্লুহু ; মন্দোনমচানা ঙাংব-শকপদা মানা করিগী শাওফম থোকপগে।

বসন্ত ঐসু হায়গে— অন্থগা ইতৈমনস্থু অহল অমা ওইনা অমগা অমগা কাইনদনবা য়েংশিনবীগদবনি। ( চংকে তৌরুরগা ) আ— রূপনা গুল্লি লৈরক্লগা হেক চাশিল-লোকো— হকচাং অহ সুংদ-সুংঙাইরকত্রগা ঐঙোন্দা হায়রকউ ।

রজনি—হোই হোই । ( বসন্ত থোকখিবা )

মহাক্লা ঐবু লুনা-চান্না তৌরিবা অসিগুম্না হেক পোক-মিম্নবা ইপুরামক্লস্থ তৌবিরমগদরা ?

( সরোজিনী চংলকই )

সরোজিনী—হকচাং ঙমদে হায়ববু চাক চাগদৌরিবন্না চারোই-দৌরিবরা ?

রজনি—ঐ চাররোই ইবেম্মা !

সরোজিনী—অহ পোপ তুহনা ঙমদবা নৎত্রবদি ইনশাং নাপি ঙা-চাক্কা শেঙ্গা অসিবু খরা পাংশিন্নশিদনা।

রজনি—হোই হোই, ইচেম লাক্কে ।

সরোজিনী—কৈথেলবু কাগদরা ইনশাংবু শেমগদরা চাখুমবু চংগদরা কোক অসি ঙাওরে; নোঙ্গীনিঙাই খোংপিনিঙাই লৈতবগী অত্তক হৌদংতুনা নোমলিবা হায়বত্তুনি ঙমদবগীদি ঐখোইস্থ ঙমজ্রপোংনিদা।

( ফেং লাউনা চংখিবা )

( রজনি ফমুংদগী ঙমদ ঙমদ হৌগংপা ; সরোজিনীনা চংখিবা মাইকৈরোমদা য়েংলগা হুঙাইতবা মীনোক নোকপা )।

—লাইট—

---

## ২শুবা উংপা

## বসন্তগী কা

( মপালগী মী পোং লাক্লগ ফক্কম কানি; টেবীল চেয়ারনচিংবা অরু-অহেনগী পোংচৈ কয়া লৈরি; বিধুনা ফি মচা অমা পায়রুনা টেবীল চেয়ারনচিংবা কনথোকলম্মী— বসন্ত মথরাই হুঙাইতনা চংলকই ; চেয়ারদা ফমলগা হুংশাস্বর ম্নপি শাংনা হোন্দোক্লুনা রাথল তৌই।)

বিধু—কৈদোরে ইবুঙো হকচাং ঙমজ্রবয়া?

বসন্ত—করিস্থ তৌদে খুড়া।

বিধু—অহৃদি— ।

বসন্ত—খুড়া থরাই অসি ইন্নুং হুঙাই/তেদা ।

বিধু—করি তৌরবগে ইবুঙো ?

বসন্ত—করি ওইনি খুড়া— ঐনা হেক পোকচবা ইচা সত্যবাননা মহৈস্নু হৈত্রে মতম পূম্বদা নত্তু-নত্তবা থবকতা তৌহুনা শাও-শিন্নবনা মাগী মথৌ ওইহুনা হায়বা ইন্দবা মপা-মমা কিদবা মচা হায়বহু ওইরে— অহুগা তামোনা পোক্রম্বা রূপবাননা শুসি বি, এ পাশ তৌরে । মসিদা ঐনা হুঙাইগদবসি কদাইদনো ?

বিধু— হোয় ।

বসন্ত—মহাক অসিতা অফবা মী অমা ওইননবা ঐনা মাগীদমক্তা হোৎনবা কয়ানো অহুবু ওক্তবগী হিদাক লৈতে হায়হুনা হোৎনবা পুম্বা করিমত্তা কান্নবা ফংখিত্রে— । রূপবান-গুম্না মহাক্তগা ফরমন্দবদি ঐগী হুঙাইবগী শমথৌ লৈরম্মোইদবনি ।

বিধু— ঈশ্বরনা শান্নবা লিলাদি তাইবং মীওইবা ঐথোয়গীদি য়েংগদবতনি । ঈশ্বরগী লিলাবু অতোপ্পা মওংদা শেম্ন-দোকন্দবগী ঐথোইগী পাঙ্গল লৈতে ।

বসন্ত—অহুবুদি চুম্মী খুড়া— অহুদা মহাকনা মহৈ হৈত্রবস্নু অওকপা থবক তৌহুনা মপুন্সি লেপ্লবদি পুক্নিং অসি থরা লৈতাবা য়াগদবনি । মহৈ হৈবতনা মী-ওইবা নত্তে মহৈ হৈত্রবস্নু মরম্নু ওক্লবদি মী অহুগীস্নু মী-ওইননবা

লম্বী য়াম্না লৈ। অতুস্থ মাগীদি কদাই— ছন্দোকপদদা থংঙি ; চহি মরি মঙা অসিদা মহাক্না মাংহল্লক্লিবা শেল অসি কয়াম য়ামখ্রবনো ? খুড়:, ঐবু অসুম্না পাল্লম্বরা— মহাকথক্তগী ঐ লোইরবনে— মুৎলবনে।

বিধু— ঐখোয়গী ইবুঙো সত্যবাননা মাংহনবগীদি করি অমুক হায়গনি ইবুঙোগী নরল নথুম মাংহনবদা নত্তুনা ঐখোয়গী ইবেম্মা সরোগী পাবুং ডাক্তর বাবুনা সংসার থাদোক-লমদাইদা ডাক্তর বাবুগী সম্প্রতি পূন্নমক ঐখোয়গী ইবেম্মা সরোজিনীদা পীথোকলম্বনি অহুবু পূরমক অহু মচেৎ-মচেৎ কায়থোক্তুনা লোইশিল্লক্লেদনা— হৌজিক লৈরিবা হায়ববু য়ুম অমত্তং লৈরিবত্তগী য়ুনফম মচেৎ অহুভা ঙাইশিল্লক্লে।

( মতম অসিদা সরোজিনী চংলকই )

বসন্ত— মসি পূন্নমক অসি খুড়া মমানা থোকহনবা ঙাক্তনি। ইচানা হায়রিবমখৈ তৌনি হায়হুনা লৈথিজবা ইকুবুঙোগী সম্পতি অহু অয়াম্বা য়োনথোকতুনা কার হেক লৈদো। মচা মাংননবা হিদাকতি মমা মহাক্না হেক হেক থাবনে।

সরোজিনী—করিনো হায়নরমজিবসিবু ?

বসন্ত—এ ! নংগী ফজবা চায়োক-নায়োকপগী মরমদা খুড়াগা ঐগা য়ারী শারমজিবা।

সরোজিনী—করিনো অর্থ লৈবা য়াতা ঙাংজদনা।

বসন্ত—অর্থ লৈ হায়বদি শঙবরা ?

সরোজিনী—তুপীমক ওইরবস্তু চাক চথোম অমা চারিবনিনা করিগী থঙ্‌দনি। ঐনা ইচা মাংহল্লে— অসি নত্রা হায়রিবত্থবু ?

বসন্ত—মথু নশানবু থঙ্‌জরবদি ফৈ-ফৈ। রা মথা তাত্রবস্তু য়ারে—। চৎলো খুড়', রূপবান অচ ঐনা লাও হায়ত্থনা অমুক্ত হায়রম্মু।

বিধু— ফনি। (থোকহিবা)

সরোজিনী—ঐনা ইচা মাংহল্লি হায়বকাদি হায়বিগম্থু মপা ওইবা ইবুঙোনা রারক চেৎপিদবদগী ইচানা শোইরিবা নত্রা ?

বসন্ত—করি,— করিএ নংনা হৌজিক হায়বত্থবু ? মপা ওইবা ঐনা রারক চেত্তবদগী থোকইবনি হায়বা !

সরোজিনী—নত্রনে সিবু ?

বসন্ত—(করেন্নত্থনা) য়াম্না চুমগ্রেদা—। মপানা মচ'বু রারকপগী মায়োকতা নমা নংনা মতম পুম্বদা লেপথিবা নত্রা ?

সরোজিনী—করিনো, ঐবু অরানবতা শিগদবগী হোৎনবিন্নিবসিবু ?

বসন্ত—অন্নানবা শিবা নত্তে— নংনা লানথিবত্থ নিংশিংবীবনি। নিংশিংঙু কাউরবরা ? সত্যবাননা পিক্লিঙৈদা মহে তমদে থোক্তে হায়ত্থনা ঐনা ফু-চৈত্থনা থজিক্তং রারকলুবদা নচানা কপ্পা লাউবা থাংবা ঙমথিত্রবনি হায়ত্থনা হোৎ-চিন্নত্থনা ঐঙোন্দগী নচাবু মুম্লংনা নংনা নত্তপাক্তা হেক পাম্নত্থনা নত্তক হাইরা-হাইরত্থনা নচাগী মকোক নাপ্ল-

নাল্লহ্না ইচা হয়েং মরাইনা তৌজনি ঙসিদি তোকচরসম্ হায়হ্না হেক হেক কনখৎখিবা অঙাং নরাংনবগী মতেং পীখিবা— অহ্ম অহ্মা উচিন-নাচিননা ক্লাস সেভেন পায়রক্লে— অহুদদি ইচানা হায়রবনি হায়হ্না ইকুবুঙোনা থনম্বা সম্পত্তি থুগাইহ্না কায় লৈহ্না ওক্তনবগী মচাক নংনা হাপচিন্দুনা ঙসি নচানা মাংলিবা নত্রা ?

সরোজিনী—হরাকার লৈখিবহুদি ইচানা হায়বদগী লৈবা নত্তে শিগদবা থরাইনি হায়হ্না ঐনা তোংনিংহ্না লৈজবনি।

বসন্ত—ফরে নংনা চুমনবদো ওনখৎচরো। অহুগা নংনা কায় তোংনিংবদগী হয়েং মতম অমদা নচানা লম্বীগী চাকনিবা ওইহ্না লৈবহু হয়েং নং-ঐনা শিরগা স্বর্গদগী মিৎ পেন্না য়েংশি।

সরোজিনী—অহুগুম্বা রাবু হায়বা হোনবরা ? করিগী ইচাবু লম্বীগী চাকনিবা ওইজরুগদগে ?

বসন্ত—ঐদি চুমগী ওইরক্কদবা রাফম অহু হায়বত্তনি, অহুগা রাফম অহু মূর্ত্তি ওইনা চোংথোরক্লবা নংনা শেম-শাগৎলি,— মহুদি হোনবরা ? (সরোজিনী থুমদে) করি তৌরে রা ঙাংত্রবদি ? হৌজিকসু মতম লৈরিনে, নং-ঐ চংহ্না নচা অসি মী-ওইনবা শেমসিনে সরো। ঐনা হায়রগা নচা কনখৎপসি তোকলোনে নংবু।

সরোজিনী—মহে হৈবত্তনা মী ওইবরা! ইচাম্বু লল্লোন-ইভিক তৌহন্দুনা কারবার চাউনা তৌহনগনি। হৌজিক্কী

মতমদদি কারবার তৌবা মীতনা শেল পাইবনে জুগাই য়াইফবনে— ।

বসন্ত—উম, নংগী নচা অসিদা শেল থূম শিন্নত্থনা কারবার তৌহল্লবদি য়াম্না তোংলনি— তোংবদি লাইরদনা শেল্লেপ ফাওবা লোইনা চৎথিগদবনি— অত্থূদগী নং-ঐনা চেং থূয়া অমগীদমক্তা মীগী থোংজিন্দা লেপলুগদবা হুমিৎ অত্থ ফাওবা পীবিগে ।

( চৎকে তৌবা )

সরোজিনী—কদাইদনো চৎলিবত্থবু ?

বসন্ত— কোক অসি থনবদা ঙাওরে— মপাল থোক্তনা ঙহাক হকচিক লাংলুরগা ঙাওরিবা কোক অসি কবরা য়েংলুগে ।

সরোজিনী—রা অমত্তা ভাবিথো ।

বসন্ত—করি রানো ?

সরোজিনী—রূপবান কৌথিবত্থবু করিগীনো— মহাক্কী মহৈ-মশিন মথা তমথবগী রা ঙাংনগদৌরিবরা ?

বসন্ত—শেন্দদা থোকদবা মীদি শেন্নীবগী শেন্নীবা চপচানা শেন্নীবা তারেদনা— শেন্দদা থোক্লরোইদৌবা কামরবা মথিবোং নামা শিবা মচাগী দমক্তদি নয়া পয়সা অমা ফাওবা থরচ তৌবদা ঐঙোন্দা রানা থোকদৌরি ।

সরোজিনী—করিনো হায়রিবত্থবু ওকতে শিংদে হায়ত্থলবু ইপুক্তগী ভাবা ইচাবু করিমত্তা য়েংবীররোইদয়া ? হেক্তে কম-

থে'ক্লগদরা— ? মমা-মপা ওইবগী মচাগীদমক্তা য়েংবী-রম্বা হোৎনবীরম্বা য়াবমথৈ য়েংবীরমগনি হোৎনবীরম-খিনিদনা ।

বসন্ত—অদুবু ঐবু করিমত্তা হোৎনদ্রবরা— য়েংদ্রবরাও ? মাগী দমক্তা কুরোল হুরক্লেদনা ।

সরোজিনী—অদুবু হোৎনবীবা য়াবগী মতমদি ককতেদনা— ।

( মতম অসিদা রজনি চংলকই ; রজনি চংলকপদু বসন্তগা সরোগনা উদে )

রূপবানগী দমক্তনি করি অমুক খদ্নিংঙাই লৈন্নিবগে ? মহাক হৌজিক বি,এ পাশ তৌরে মী অমদি ওইরেদনা ঈশিংদা থাদশ্রবসু লুপলরোই— মৈদা হুঞ্জিল্লবসু চান্ন-রোইদনা— । রূপবানবু মহৈ মধা তনথহনবদা চংথিগদবা লুপা লিশিং অহুম মরিদুনা মথোং চাদ্রিবা মী অমা ওইদ্রিবা সত্যবানবু লল্লোন-ইতিকী লম্বীদা পুশিনবীদুনা জান তাহন্দুনা মহাকপু মী ওইনবা শেম্বীবনা ফৎ-লোইদরা ?

বসন্ত—কাম্নদে সরো, ফনা শেমদুনসু মী ওইররোইদবা নচাবি । অদুগী শরুকপুদি ময়াম্বা রূপবানবু মী ওইরিবসিদগী অমুক্তা মীথোই মীহেনবা অমা ওইননবা চপ-চানা শেম্বীরম্লগা সত্যবানদি মপুম্বি চুপ্পা ময়াম্বা রূপবানগী মরুঅপা থুগ্গুনা লেন্নজবন্না ফরগনি ।

সরোজিনী—মহু ইবুঙোগী য়াম্না লানগ্রবা ব্রাখলনি । পোকমিন্নদবা

মচিন-মনাওবু কয়া কুহীনা তিন্নবা য়াগনি। অঙ্গুগীসু মথক্তা ইচাবু মপুম্সি চুপ্পা চাকলেম চাবা মী ওইহন্দুনা মীগী খদাং মথা থাডুনা লৈহল্লগেরা ?

বসন্ত—মহু নং-ঐনা থোবহংব নত্তে মশানা থোয়ননবা থৌরাংজবনি।

সরোজিনী—খঙ্দে খঙ্দে ঐগীদি হায়জরিবসিনি— ওক্কে ওকউ ওকওই তোকসন্থু ইপুত্তগী ভাবা ইচাগী দমক্তদি খনদনা মীগী মচাগী দমক্তা পুন্সিচুপ্পা হোৎনফম থোকতে। হয়েং মতম অমদা লমহাংদা শোল হৈদোকপা তাডুনা তোক্কনি।

বসন্ত—মদো নংতনা খনজবনি, ঐঙোন্দদি লৈতে।

রজনি—ইবুঙে'—।

বসন্ত—এ— ইতৈমা—।

রজনি—নচা রূপবানগী দমক্তা নং কোক অমুক শারুরগন্থু। ইনাও সরোনা হায়রিবসিদা করিমত্তা অকাইবা লৈতে; মচা অমগী দমক্তা মমা অমা ওইবগী খনফম থোকপা য়াথজনি, হায়ফম থোকপা য়ানি। মথোং চান্রিবা, মী অমা ওই-দ্রিবা ইচা সত্যবানগী দমক্তদি নং অমদি সরোদা নত্তনা ঐখোয় খ্বাই পুম্বনা খনফম থোকই। মহাকপু ওক্ক-শিংননবা ঐখোয় খ্বাই পুম্বনা য়ারিবমথৈ হোৎনগদবনি। নচা রূপবানদি ফরবসু ফৎত্রবসু নংগী নপালদগী বি, এ পাশ তৌজরেদো, মহাক্তি মী অমা হায়বহু ওইজরগনি।

বসন্ত—ইতৈমা, ইচা রূপবানদি মী অমা ওইবতনা পেন্দগদবা নত্তে— লাই ওইনবা শেমগদবনি।

রজনি—অছুগা ইনাও সরোনা হায়রিবসিস্নু নংনা খনফম থোকত্রা ? মচাগী দমক্তা ফননবা খনবদি মমা মপাগী পুক্নিদা লোইবা নাইদে।

বসন্ত—য়াম্না চুমথ্রবা রানি। অদুবু মী শ্বাইগী মচাগুম্বা ওইরম্লবদি মচা পোকচবগী মহে ফংননবা হোৎনরমগদবনি ; অদুবু হোৎনহুনা শেম্বা থোক্কনি হায়বসি ঐনা উত্রে ইভৈমা। শেম্বদা থোক্কদবা রূপবানবু ··· ।

রজনি—নত্তে-নত্তে— ইবুঙো নহাক নচা রূপগী দমক্তা খম্নু-রহু। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়ববু মহাক্তি মোইরাংলোমদা স্কুল অমগী ওঝা ওইগে হায়রনা দরখাস্তসু থাগ্রে হায়।

বসন্ত—করি, রূপবু স্কুলগী ওঝা ওইগে হায়দুনা দরখাস্ত থাগ্রে হায়বা! ঐঙোন্দসু করিমত্তা হায়রমদনা।

সরোজিনী—ইবুঙোবু কনানি হায়দুনা হায়রমগদৌরিবনো— তাকলমগদৌরিবনো ? মপাঙল চাউরক্লবদি মানা মানা পাম্বদা থোকপা থোকপা তৌথিবা হায়বসে নশানা তাবা নৎত্রা ? উবিরেদনা, মহাক্পু মহে-মশিন হৈহন্দুনা ইবুঙোনা মী ওইনবা শেম্মক্লগা ইবুঙোগী রাস্নু করিমত্তা তাদনা মহাক্না পাম্বা লম্বীদা চৎথ্রিবসে— মসিদবু ভুংগী আশা করি তৌফম থোকপগে ?

রজনি—নত্তে-নত্তে ইনাওগী রাখল অদুদি য়াম্না লানবগী অম্মোবা থাকতা চৎথরে। ঈ-পাও অমা হেক ফংবত্তুদা মহাক্তি ইচ চম্না থাখিবা দরখাস্ত ওইরম্লে— ।

বসন্ত—অদুবু মহাক্না শেল থোকপা থবক পাম্নবস্থু ইম্ফাল থাইদা থবক ইথাং জুগোৎ চাবা অফবা অমা য়েংবিগনিদনা। মহাক্না মোইরাংদা ওঝা ওইরবদি য়ুম অসি থাদোক্কনা মহাক অদা লৈবা ত়ারবনি—- মতু মহাক্না পামজুরিব্ল্ল করিগীনো ?

সরোজিনী—মপ.ঙল চাউরে, মহৈ-মশিন হৈরে— ওইজ-ওইথক ফংলক্লগনি— অতুনা য়ুমসিদা পুন্না লৈমীন্ননিংঙক্কতুনা ঐথোয় খ্বাই পুন্নমকপু কনথোক্লম্নগা চৎলগে, অসিনিদনা। ঐনা হায়জদরাও,— কান্নদে, কৈ মচা চাউননবা য়োক্লগা মপু চায় হায়বত্থু শোয়দনা তারক্কনি হায়তুনা।

বসন্ত—সরো— ।

সরোজিনী—মীগী অফবা মচাবু ইচা ওইনা থনবীরুগস্থু ঐথোয়গী ওক্কবা ইচাদো ঐথোয়গী লেংদবনি হায়জদরাও ?

বসন্ত—ভুম্মীন লৈয়ুনে সরো— । নত্তে, নংগী অসিগুম্বা ঐগী-মীগী নাইবা য়াথল অসিবু পোক্কপদগী লোয়নয়ক্লবরা— ?

সরোজিনী—অচুম্বা য়া হায়রুরবস্থু ঐবু ইকাইবা পীবীবনে, ঐবুতা অরানবা তাহনবনে— । ফরে, ঐগী মীগী নাইদবা ইবুঙোদি ইশাগী ওইজবা কান্নবা পুন্নমক থাদোক্কনা য়ুমগী সুপী-অঙাংগী য়াথলকা করিমত্তা থনবীরুরস্থু। ঐবুতা ইশাগী ওইজবা তানবি, ঐগী মীগী নাইবী তাহনবীয়ো।

( মতম অসিদা রূপবান চংলকই )

রঞ্জনি—নত্তে, সরো, য়া মথা তান্নগস্থু। য়াহৈ অমা অনি ঙাংন-

য়গা তেনশিনবা য়াবা করিস্ু লৈতবা য়াফম অসিবু আ—মরা ভানা চথহনখিবা ফত্তে। (বসন্তদা) ইবুঙো, ইতৈমগীদি নংনা হায়রগা লোইরে— নচা য়াপনা ওঝা ওইবসি পামদ্রগদি তোকহনগে কৈদৌবগে ? সরকারগী থবক ইখাং অমা তৌববুদি ওঝা ওইবনা মহৈ তমথবদা মপাং চাগদরা থন্দুনঃ..... ।

. সরোজিনী—হোই, ফজবা রাহৈনা থবক পাংথোক্লবা হোৎনবা হায়বসি অশিংবা মীগী হৌনশানি ; হৌজিক্তি ইচা নিপাস্ু মহৈ মতিক চানা হৈরবনিনা য়ুম অসিদগী ভোপনা লৈননবা থৌরাংলবস্ু করিস্ু ফাইদে। তোপনা লৈরগা সুঙাইগনি, নিংবা থুংগনি হায়রবস্ু মতুনা থোইদোক্লা অকায়বা য়া থোক্তে ; হৌজিক্তি ফিরেপ চানয়বনিনা ঐগী ঐগী থওনা, নাখৈ শেংনা, য়াই শংনা লৈনবনবু ফর· পোৎনি ।

য়াপবান—ইন্দোমচানা তাকপীরিবা য়াফম অসিদি ঐঙোন্দদি নৌনা থোক্তে— । ইন্দোমচাগী পুক্লিংদা ঐথোয়বু ভোপনা লৈহননিংবা, তোথাইনা ভাহননিংবগী য়াথল অতুদি ঐদি উজবা থওজবা কুইরপোৎনি, অদুবু মপোক থীবা পুক্লি ওইবনা ওসি ফাওবদা ইন্দোমচাগী নিংবা থুংহনবা ওমদহুনা কাকাগী মপাল তাংহুনা লেল্লিবসিনি। অদুবু..... ।

রজনি—য়াপ— ।

য়াপবান—হৌজিক্তি কাকাগী পুক্লিং অমা থওলগদি ইন্দোমচাগী

নিংবা থুংহন্নবা হোৎনবদা থোইদোক্না অন্নাবদি ওইররোই হায়না নিংজরে।

সরোজিনী—হোয় হোয়, ইচাখোয়দি বি,এ নিনা ব্রাহৈ-ব্রাতাদি ফজথরে। অদুবু ব্রাহৈ-ব্রাতা ফজবনদি চৎনদে। নংগী কাকাগী পুক্রীং অমুক খঙ্ দ্রবস্ু ঙম্মনি থল্লবদি হুপা থোদাং হেক পাংথোকউ।

বসন্ত—সরো— ।

সরোজিনী—মরোই খঙ্না বার্ত্তন ভোবগী মওংদা নংগী কাকাগী পুক্রীং হংলুবনদি থবক পাংবা করিমত্তা য়ারোই। চাক-শেম চাবা পুন্সি ওইহুনা মীনা পুন্সিচুপ্পা থাকপা পাম্রব্রবদি কাকাগী পুক্রীং অমুক হংলুব্রবসু হুপা থোক্না হেকমক চোংথোকখোন— ।

বসন্ত—সরো-- ।

( মতম অসিদা সত্যবাননা "ইমা" "ইমা" কৌদুনা চংলকপা )

সত্যবান—ইমা—ইমা,— প বুংদি ? ( বসন্তবু হেক উবদা) ও !

বসন্ত—করিনো ?

সত্যবান—ইমা, লুপা ২০ দা পীয়ু।

সরোজিনী—কৈদোনবা লুপানো ?

সত্যবান—পীদ-পীয়ুবা, মরম লৈনে ?

বসন্ত— মরম চাই-চাদে খঙ্দনা শেলবু পংগী পীবা য়াবরা ?

সত্যবান—মরাম চাক চানগদৌরি।

বসন্ত—চাক চানরগা জুন্নার ফমগদোৗরিবরা নক্সগা জুন্নার শাননবগী-দমক্তা চাক চানগদোৗরিবরা ?

সরোজিনী—লৈতে পীরোই হায়গুনা হায়গে হায়রগা হায়বিয়ু—অদুগুম্বা ন্না-বু … !

বসন্ত—হায়বা হৌনদে হায়বা ঐস্ম থঙ্‌ঙিনে— অদুবু মরমচৎনা হায়হনবা নক্সা ?

সত্যবান—ইমা, নংগী লৈত্রবরা নঙোন্দগী পীয়ুবা ।

সরোজিনী—ঐদি কদায়দগী শেলনো ? লুপা অমত্তং পাইজবা ফাওবা নংনা মন-মন্দুনা পুথ্রগা । লুপাগী ন্নাকা হায়রক্তু । নহাক পোক্চবদগী মাই অসি পাক্লেনে। লমজাও শোরোক্তা মাই অসি উত্তুনা চৎপা শুমদবদি লায়রদনা ইমুং অসিদা ফাওবা মাই অসিদ থম্ফম লৈত্রে, খুবগী মথক্তা থূহল্লে ।

সত্যবান—ঐনা করি তৌরবগে ?

বসন্ত—নংনদি অফবা থবক্তা তৌবনিনা নমা-নুপা ওইবা ঐথোয়না মায় পাকলিবনিদনা।

সত্যবান—( রূপবানদা ) দাদা, দাদাগীদি লৈ লাক্পরা ?

রূপবান—ইমা, নহানগী লুপাত্থু লৈরিনিনা ?

রজনি—লৈ, করিমত্তা ক্নায়ড্রি ।

রূপবান—অত্থুদি সত্যবানদা লুপা ২০ দা পীখো ।

রজনি—লাও-লাও। রূপ, নংশু লাকও ।

( রজনি, সত্যবান, রূপবান হেক চংকে তৌবদা )

বসন্ত—ইতৈমা, সত্যবানদা লুপা পীবিরুগত্থু। পীবা তারবস্থু ঐনা পীগনি ।

সরোজিনী—অহু ওইরগা পীবিথ্রোদ্দনা।

বসন্ত—ঙাইখো-ঙাইখো, ঐ রা অমা ইকাও-কাওই রূপ, নংগী খূদাংদা ঘড়ী উদবদি কদাইদা চৎথ্রে ?

( রূপবান সত্যবান য়েংনবা )

ঙসি নিনি হুমনি ঙরে নখোন্দা হংগে-হংগে মীংলগা কাও-থোকলিবসে।

( সত্যবাননা রূপবানদা খুজিন্না শিকপা )

কদায়দা চৎথ্রবগে ?

রজনি—করিনো হায়রিবসিবু! ঐসু নহানমখৈ থঙ্দেনা, ঘড়ীদি কদাইদা চৎথ্রে রূপ ?

রূপবান—মাংখরে।

বসন্ত—কদাইদা করম তৌনা মাংখ্রিবা ? খুদাংদা শিবা ঘড়ীবু····।

( রূপ খুমদবা ) করম তৌনা মাংখ্রিবনো ?

রূপবান—মরী তত্তুনা···।

বসন্ত—চুম্না হায়য়ু রূপ—নংগী পাউথুম অসি লৈয়েংম্মী মরুমদা অরোনবা অথুপ্পা অমা লৈবগুম উই।

( মতম অসিদা বিধু চংলকই )

বিধু—ইবুঙো, মী অমা লাকই।

বসন্ত—কনানো মশক থঙ্বরা ?

বিধু—মশক মমিংদি থঙ্জদে অহুবু য়েংবদা মতিক-মগুণ লৈ।

বসন্ত—চংহল্লকউ। ( বিধু থোকখিবা ) রূপ, খুদাংদগী ঘড়ী মরী

ভত্তু্না তাহৌই হায়বসি ওইবদি য়াই, অহুবু অতাবা কনাগুম্বনা নোক্লোইদরা ?

( মণিহার চংলকই )

মণিহার বাবু ওইরে।

মণিহার—বসন্তবাবু। ( মণিহার উবদা সত্যবান পাখৎপা )

বসন্ত—চেয়ার শোমদা লেংশিনবীয়্। ( মণিহার ফম্বা )

করি খবক্কীনো ?

( সত্যবান চংকে ভৌবদা )

ঙাইখো সত্যবান নংগী লুপা হায়বহু লৌখো।

সরোজিনী—ঙাইখোদনা। ( সত্যবান হৈনীংদনা লেপ্তু্না লৈবা )

মণিহার—য়া অসি হেক্তা হায়জরগে ; অসুম তৌবনি— নোংমা ঐগী তুকান্দা লুপা অমনা সয়ার প্রাইমা ঘড়ী অমা বন্ধান থম্মম্মী অহুদগী নোংমা-নিনি লৈরগা ইচানিপা সত্যবাননা রোমার ঘড়ী অমা পুরক্তুনা সয়ার অহু মহাক্কীনি রোমার অসি থমজরমগে হায়হুনা সয়ার অহু নচা ইবুঙোনা পুথরে। মমল মতিক চাবা-চাদবা রোমার অসি থমজিন-বীয়্ য়ায়া থুনা শেল পীরগনি হায়রম্লগা নচা ইবুঙোসু লাকখিদ্রে। অহুদা রোমার অসিগী মমলদগীদি ঐঙোন্দগী লৌখিবা শেল অহুনা থর হেনজিনখরে, অহুনা বসন্ত বাবুদা য়া অমত্তুংদি হংকম থোকমাল্লে হায়হুনা… ।

বসন্ত—হোয়, হুইনা ঙাওরগা হুইবু খিবা হায়বসি হৌনপানি, ভাকপিরিবহু য়ায়া চুম্মী সত্যবান, হায়রিবসি চুম্বরা ? ( সত্যবান থুমদে ) উম্,— মণিহার বাবু, রোমার ঘড়ী

অহু অমুক্ত পীবিয়ু— ( মণিহারনা ফুরিংথাউদগী ঘড়ী লোথোক্লগা বসন্তদা পীবা )
ঘড়ী অসি নংগী নব্রা ?

রূপবান—মানি।

বসন্ত—হুঃ হুঃ হুঃ ঐনা হায়বহুনি খুদাংদা শিবা খড়ীবু মরী তত্তুনা তাহৌই হায়বসি মীনা তাবদা নোকনিংগনি হায়না... ।

সরো রূপ, নংদি করিগী সত্যবানদা ঘড়ী পীরুরিবা ?

রূপ--মহাক্না অমুক্তা শিরুগে হায়।

সরো—মহ ক্না হায়তুনন্ন ন'না পীবিরমব্রবদি কদাইদগী অস্থম তৌরমগদগেদো ?

বসন্ত—নচাগী চক্র শরৈদবু কন'না পীদবা ঙমগদৌরিবনো ?

সরো—ওকত্রে ফক্রে খঙলবমক্তদা ঘড়ী পীহুনা করিগী ওক্তবগী মচাক হুনবীরিবনো অসিনি, ঐনা হায়রিবনা ।

বসন্ত—নচানা ফত্রগা মীঙোন্দা দোষ অমুক তৌরুরিবসিবু ! ভুম্মীন লৈয়ু, মীনা তারগা নোকনি। নচা কনথৎনবা হোৎনবদা শল অশিবগী মনাক্তা লেপ্লগা প্রায়শ্চিত ফংঙি হায়বহ নঙোম্দা থোক্তদৌরিবনি। মণিহার বাবু।

মণিহার—বসন্ত বাবু ।

বসন্ত—রোমার অসি থনম্লগা সম্মার পুথি হায়বা নত্রা ?

মণিহার—হোয় ।

বসন্ত—সরার অহুদি সত্যবাননা শিরিবা অসি নত্রা ?

মণিহার—হোয়।

বসন্ত— রূপ, শে নংগী ঘড়ী অসি ।

( রূপদা ঘড়ী পীবা ) মতুং মনাওদি ননাওনি হায়দুনস্থু মানা হায়বদা পী-লাক্কন্থুকো ।

( সত্যবানগী মনাক্তা চংশিল্লগা )

কদাই নংগী সরার ঘড়ী অছু !

( সত্যবান তিঙক-তিঙক য়েংদুনা লৈবা )

কদায়দনো ঘড়ী অছু লৌথোরকও, লৌথোবও !

( সত্যবাননা মখুত্তগী ঘড়ী লৌথোকপা )

কদাই— ( সত্যবানদগী ঘড়ী লৌরগা ) মণিহার বাবু, অসি লৌবীয়ু ।

মণিহার—বসন্ত বাবু ।

বসন্ত—লৌবীয়ু হায়রিবসিনি । শেল অদু ঐনা পীবা ভম্মী অদুবু ঘড়ী অসি য়োনথোকপীখো, মরম লৈদুনা হায়জরিবনি । শে— লৌবীয়ু । ( ঘড়ীঙ্গ মণিহারদা পীবা ) লেংঙো ।

মণিহার—অদুদি চৎচরে ।

বসন্ত—লেংঙো । ( মণিহার থোকখিবা )

( বসন্তনা শাওনা সত্যবানদা য়েংলকপা, সত্যবান মমাই লুকথবা )

মাইদা কালি তৈহনবা মচা ! ( থোকখিবা )

—লাইট—

———————

## ওশুবা থৌংপা

## কুমারগী য়ুম

( ড্রোইং রুমনি ; ফজ-ফজবা টেবীল চেয়ার থাম্নুনা লৈরি, লাইব্রিক হাপ্না উপু মচানচিংবা লৈ ; কুমার ইন্সপেক্টর চেয়ারদা ফম্লদুনা চা-থক্কুনা লৈরম্মী ; আনন্দিনা মোজা লোন্দুনা লৈরম্মী · ভুং ওইরপ্না কালা ( Cons. ) না কুমারগী বেল্টনচিংবা নানথোক-থোৎত্তোক্কুনা লৈরম্মী— দূ·ত্তলাগী মথক্তা কানবা সি ডিগী শরুক উরি। )

কুমার—( চা থক্লা-থক্লা, নোক্কুনা) আনন্দি, নখোয় ঙুপীগী হৌনবা রাখল থেনবা অহু থাদোকউনে— নখোয় ঙুপী মশেল ঙুংশিনৈ চান্নে হায়দুনা নচাঙুপীবু নুংগাই মরক্তা লং-শেক্কে নিংগন্নুনে। হা— কালা ?

কালা—হোয়, Sir

আনন্দি—নপূ ননাই মান্নরগা হেক্ত য়ারগদরাও ? ঐনা হায়রিবা রাসিদা ইচাঙুপীবু করিগী নুংগাই মরক্তা লংশেকপা ভান্না-গদগে ? সত্যবানগী করি রাৎপগে অহল-লমন শুরি মরলনা চীংমুক রাংনা পৈরি। নুংগাইকা হায়রিএ, মণিনে হায়ও।

কুমার—চুম্মী চুম্মী, মণিনি। অহুবু করম্বা মণিনো হায়বদা মগুল লৈতবা মঙাল থোক্তবা নুং-মচেং। খঙ্লবরা ?

আনন্দি—হায়রিবসিবু সত্যবান অসি মহৈ হৈতে অসিনিনে। মহৈ হৈবতনা মী ওইবরা, মমা-মপানা অমত্তা পোকচবা মচানিপানি ; মহৈ হৈত্রবস্থু মহাক্কী অহল-লমম্না থনম্বা লন-থুমনা লল্লোন-ইত্তিক তৌবনি থুগদে, অমা ভৌবনি থুগদে মরাইনা হুন্ডাইজগনি ; মপানা পোকপা মচানি ; কৈনা ত্তোকপা পোকপা হৌনদে ।

( মতম অসিদা শ্যামা মথক্কী কাদগী সিড়িদা কুমথরকপা, চপ-লেপ্তুনা গুাংনরিবহু তাবা )

কুমার—চুম্মীনে ; মাবু পোকপা অহল-লমন বসন্ত বাবুখোয়, সরোজিনীখোয়বুদি ফেনে। অদুবু মচা সত্যবানদি কয়া জুগোৎ চানা তাদেনে।

আনন্দি—হায়রিবসিবু করি তাবগে ?

কুমার—হায়তুনা কান্নদে,— জুগোৎচানা তাদে হায়রিবসিনি ; মখোয়গী অহল-লমম্না চীংমুক রাংনা সম্পত্তি থনম্নবস্থু তানশিনবদি লৈতে হোন্দোকপদা থংগদৌরিবনিনা নোংমা চৎখিবা হুমিত্তা লোইনা চৎখিগদৌরিবনি। অদুনা সত্য-বানদা ইচা থাজবা হায়বসে য়াম্না মুম্না য়াথল তৌহৌ-বনা কৈ ।

আনন্দি—মপুজ্জিচুপ্পা চাকলেম চান্থনা লেল্লক্রবা, মমা লুখ্রাবীনা য়োকপা পু-পাং শুদবা মচা রূপবানদা ইবুঙোনা ইচা থাজনীংঙি হায়বস্থু খঙজরে। মহুদি ঐদি য়াজনীংদে। মাপীনি হায়বা সম্পত্তি মচেৎ অমা কাওবা লৈত্রবা, মপা

মতোননি হায়দুনসু মপুন্সি চুপ্পা মীগী শায়জিনশায়াদা তাংদুনা লৈগদবা মীশক অদুবুদি ঐখোয়দি ইয়াকা ওইজনিংদে ।

কুমার—মদো নংগী অরানবা য়াখলনি । লনথুম সম্পত্তি হায়ব-দুদি তাল্লগা ফংবনি । মশা ফরগা লোইরেনে আনন্দি, ক্ষর-ক্ষত্রবসু বি,এ পাশ তৌরবনি ।

আনন্দি—বি,এ— । হুম, হৌজিক্কী মতমদদি বি,এ তাওথোকএ : নালাদা তা-তাদুনা বি,এ য়াম্না লৈরে ।

কুমার—ইচানুপী পীরবদি নচাগী য়েংদুনা রূপবানবু আ-য়োনবা শেম্বীবা য়াইদনা । অদুগীসু মথক্তা ঐখোয়গী হায়ববু শ্যামানা লোইরে, ইচানিপা অমসু লৈজদে, রূপবানবু ইচা-শক্লা ঐখোয়গী সিদা থম্বসু য়াইদনা । মহাকপু ঐখোয়না মীথোই-মীহেনবা অমা ওইননবা শেম্বীবা য়াই ।

কালা—Sir গী য়া অসিদি ঐসু য়াজনীংঙি ইতৈবেম্মা ।

( আনন্দিনা কালাদা শাউনা য়েংবা )

আনন্দি—ইচাগী করি য়াৎদুনা মীগী মচা করিগী শেমজরগদগে । শেল তিংদুনা ইচাগী নিপা খিজরোই ।

কুমার—অদুগীসু মথক্তা আনন্দি, হৌজিক্কী মতম অসি য়াম্না লুরবনি । মমা-মপানি হায়দুনা ঐখোয়না নীংবক্তা পাং-থোকপা য়াত্রবনি । ইচাগী মপুক্লিংসু য়েংদবা য়াদে ।

আনন্দি—অদ্মাং মাগী করিগী নপুক্লিং অমুক য়েংকম থোকপথে ? ঐখোয়না কৈ হায়বত্তদা মহাক্লা ইনগদবনি ।

কুমার—শ্যামা হৌজিক অঙাং নত্রে মহাক হৌজিক চহি ভরা-মঙা শুরবী মপুং ফারবী লৈশাবীনি ; মহাকীস্ন অফ-ফত্ত থন্নবগী পাঙ্গল লৈরবনি।

আনন্দি—ঐখোয়না লাঙলিবসি মগী ফনবগীদমক্তনি।

কুমার—চুম্মীনে ; মমা মপা ওইবনা মগাগীদমক্তা ফনবা থনবা হায়বসি অচুম্বনি। অদুবু হৌজিকী মতম অসিদদি মমা মপানা মগাগী অধিকারস্নু থর ৎক্ষম থোকই।

আনন্দি—খঙ্জরে নচাস্নুপীনস্নু রূপবান্বু য়ানীংঙি, মপানস্নু থাজ-নীংঙি অদুনা মপা চানথরে। হায়রিবমখৈ চুম্মনিএ। ফনা হায়দুনস্নু ঐনা পোকচবা ইচানি, ঐনা পাম্বা নিপাদা থাজগনি।

কুমার—নং নতোমতনা পোকপরা ঐদি য়াওস্রবরা ?

কালা—কন্যাদি অমত্তা, বর অনি শুগদোরি কমদোবা তারিবা ?

কুমার—অদুনি কালা, ইচা নিঙোল অমত্তং পোকচবসি য়ুম কাইনবা পোকপা তারিমাল্লে।

কালা—Sir, য়ুম কাইদনবা দ্রৌপদী স্বয়ম্বরগুম্না স্বয়ম্বর মচা অমা লিংখৎপা তারেদনা।

আনন্দি—মদুস্নু য়াদে, ঐনা পীনীংবা নিপাদি ইচানা পামদবনিনা স্বয়ম্বর য়ারোই। ঐনা মমানি ঐনা পাম্বদা ইচা পীগনি।

কুমার—ঐদি মপা নত্রবরা ?

শ্যামা—তোকও তোকও, ঐ তজনীংদবনা লোইরে।
( থাক্তগী কুমথরকপা ) হকচাং অসি অনিথোক্না শেগাম্ব-বীরো, অদু ওইরবদি পাবুং অমস্নুং ইমাগী নীংবা থুংলেদনা।

কালা—থম্বনিঙ্গাই লৈতবা অচুম্বা য়াদি মেম্মতনা হেক হায়দা।

আনন্দি—অঙাওবীগী য়াসিবু।

শ্যামা—সিবু কয়িগী অঙাওবীগী য়ানো? পাবুংগা ইমাগা মত তিন্নদরে। ঐদি পাবুংগা ইমাগা অনিমক্কী য়াথংদি ইন্দবা য়াদবনিনা মসি নত্তনা ঐগী কয়ি গতি লৈরিবগে?

আনন্দি—মত্থু চংনবা য়াবা য়ানি হায়থুনা ঙাংলিবরাও?

শ্যামা—ফরেনে চংনদ্রগা মনা-মনিন নাইদনবা ইমুং মহি ঙাংদনবা ঐতা য়ুম কৌবতা পানজয়রোই।

কালা—আ-আ-মত্থুনা পুংফ হেক ফরে।

আনন্দি—উম, মত্থুমা ঐ য়াই।

কুমার—নংদি য়ানি।

( মতম অসিদা রূপবান চংলকই )

রূপ, লাও ফম্মুলাও।

রূপবান—খুড়াইবুঙো।

( আনন্দি রূপবু উবদা মচুপ্‌ পৈথোকই; শ্যামাদি হয়াওই। রূপবান চংশিন্দুনা চেয়ারদা ফম্মী। )

কুমার—কালা, কদাই? ( কালানা বেল্টনচিংবা লানশিনবা; কুমারনা বেল্ট ফাবা )

রূপবান—শ্যামা নথোয়গী স্কুলগীদি ক্লাস হৌত্রিবরা?

শ্যামা—হৌত্রি; ঙসি নিনি হুমনি লৈরগা হৌরগনি।

কুমার—হন্দক্তি ইচানা টিউশন তৌবিবদগী শ্যামা অসি সেকেণ্ড পোজিশন্দা লেপলে; খুড়া য়াম্না নুঙাইরে।

রূপবান—কদাইদগীনো খুড়াইবুঙো, শ্যামানা হোৎনজবা লাইব্রিক পাবা কনবদগী পোজিসন কয়কপনি, ঐনা করিবু খঙহ্ন-গবনো ?

শ্যামা—মসিদনে ঈশিং পুন অথনবনা মখোল হোদে হায়বদো হেক্ত মশানা তাকপনে।

রূপবান—ঐবুরা হায়রিবদো ?

শ্যামা—নত্তবদি।

কুমার—শ্যামা।

শ্যামা—পাবুং।

কুমার—নংবু নীংথিনা তম্বী-খোৎপীহ্নবা পোজিসন কহল্লকপগী নংগী তামো রূপগী Special presentation, I mean করি খুদোলপোৎ পীরে।

শ্যামা—চুম্মী পাবুং, হীরম অহুদা ঐদি তৌবীমল খঙদবা অমা তাগ্রেদনা।

কুমার—নথল্লাইনা তাবা পীনীংবা অমা পীয়ুদনা।

আনন্দি—লাইরিক তম্বীবগী থাগী পীকম খোকপা পীরি, অহুবু অহুম তৌনবরনে ?

কুমার—নং তুম্মীন লৈয়ু।

আনন্দি—খঙদবগী হংজবনিদা।

কুমার—খঙক্রবদি, তুম্মীন্না লৈবা কৈ। শ্যামা, নংনা পীনীংবা অমা পীখো।

রূপবান—খুড়াইবুঙো...... ।

কুমার—লৌগদবনি— । কালা ।

কালা—Sir ।

কুমার—চৎলশি । রূপ, ফমহৌথো ।

রূপবান—ফনি ।

কুমার—শ্যামা ইবেম্মা, নংগী তামোগী চা-কা তৌরুনে । কালা !
( চৎখিবা )

কালা—Sir ( ইন্নহুনা থোকখিবা )

রূপবান—শ্যামা, ক্লাস হৌদ্রবস্সু তমগদবা লাইব্রিক থগুলবনিনা Subject থুদিংমক্কী পারা থর থর Advance ওইহৌবনা ফৈ ।

শ্যামা—ছায়রিবদো চুম্মি তাম্মো, অহুবু নোংমা নিনি অসি ভুঙাইথোকখিগেদা । কমনসেন্স লৈননবা অতৈ অতোপ্পা রারী রাভাই শাহুনা লেনশিদা ।

আনন্দি—লাইব্রিরুম তম্মু রাচোই ঙাংহুনা মতম মাঙহনগহু নশা মাঙজনি ।

শ্যামা—ইমানা থঙবা নত্তে তুম্মীন লৈয়ু ।

আনন্দি—কল্লিগী থঙদনি, ঐথোয়স্সু লৈশারক্লিবনি— । ছায়রিবসিনি, নহৈহুম তম্মু রাচোই ঙাংনগহু ।
( চংখিবা )

শ্যামা—ইমা ! ক্যাটলিদা ঈশিং থজিক্তা থাঙ্গৎপীরম্মু ।

রূপবান– শ্যামা, নথোয়গী ইমাগী রাঙাং-শাঙাং অসি অর্থ লৈনা ঙাংথরে । মী ইকায়নি-ইকায়রোই ছায়বসি করিমত্তা থঙদমাল্লে ।

শ্যামা—ইমাগী য়াদ করিমত্তা হুণ্ডাইতবা ভোরুগন্নু। ঐখোয়গী ইমাগী মেনরদি অসি ঙাক্তুনি। মানা হায়নীংবা য়াদো চেনা পন্দনা হেক্ত হায়বা জাৎনি।

রূপবান—অদুবু ঐনা হায়বদি----।

শ্যামা—কৈদৌবা ?

রূপবান—ঐখোয় অনিগী মরক্তা লৈনরিবা ঈচেল অসি নখোয়গী ইম না----।

শ্যামা—ইমাদ নত্তে, পাবুংস্নু খঙলবনে।

রূপবান—হা! পাবুংস্নু... ?

শ্যামা—করি ভোই হায়বগে ?

রূপবান—ইস্। (লরাইদা মখুৎ হাপ্পা)

শ্যামা—ঐখোয়নদি লোল্লবনি-থুল্লবনি নীংঙরিবা অদুবু লৈপাক পুংজাও থিল্লে।

রূপবান—হা।

শ্যামা—অচুম্বনে।

রূপবান—লৈপাকনা খঙ্বস্নু নাচুংদে, নখোয়গী পাবুংনা খঙ্ঙি হায়বসিদি...।

শ্যামা—ইস্, অদুয়া ? পাবুং খঙবদা বজ্র তাবগুম য়ারকলদি, অদুক কিবগুনদি ঐদি থাজয়কত্রেবো !

রূপবান—থাজয়ক্তবা হায়বদি

শ্যামা—অদুক কিগনবদুনদি নহাক অসিবু ঐগী ওইজবা ফংগনি হায়বসি ..।

শ্যামা—মহাক্ষ্বরা ? কিবগী ব্লা নত্তেনে ইকায়বগী ব্লানি ; শ্যামা
নহাক অসি ঐগী ইকমদা থব্লাইদগী হেম্না লুপ্লিবনি ।
( মতম অসিদা আনন্দি থোরকই )
শ্যামা—ইকায়বগী ব্লা ওইরবদি, ইকায়রুরম্ব,— পাবুংনা নংবু
য়াইএ ।
আনন্দি—ইচাদি থব্লাই য়াওনা জ্ঞান পূম্নমক হেক শুনা ভম্মীদা ।
( রূপবান, শ্যামা ইকায়বা )
চংলো— ঈশিং শারমলগনি চা হায়বত্ত লোম্লুরো ।
শ্যামা—ঐ চা শেম্মুখিগে, ফম্মম্মু ।
( চংখিবা )
আনন্দি—ইবুঙো রূপবান ।
রূপবান—ইন্দোলবেম্মা ।
আনন্দি—ঐখোয়গী শ্যামাসিবু কমদোবগে ?
রূপবান—( ভাব ভাদব', ঙকপা ) করি··· ।
আনন্দি—ইন্দোলনা হায়বদি অসিনি— শ্যামা অসি আ-য়োনা
মহৈ তমহনগে নীংলি, মবুদ্ধিবু কমদোবগে হায়বনি ?
রূপবান—মবুদ্ধি য়াম্না ফৈ ।
আনন্দি—থওদেনে, ঐখোয়নদি মতোমতা পোকচবনিনা নিপা
মুপী শক্লা থমজবনিনা বি, এ—এম, এ ফাওবা তম্মলগা
মপুন্সি চুপ্পা ঐখোয়গী নাক্তা থমহুনা মাগী মপাল চাশিন্না
থল্লিবনি । অছুবু মরক্তা য়ৈথাইবা থিনগাইবা লাকদনা
হায়মহুনা ইন্দোলদি মুংশা থীবনা লোইরে ।

রূপবান—( সুংদি মুঙাইরগা নোকশিন্নহনা )

হে, ইন্দোলবেম্মাখোয়গী আশা করিগী থুংদগবনো ?

আনন্দি—থঙদেনে, মহাক্কদি ঙ্গ-খেগৎলরুপা নহানিনা ওম্বে ক্লা ব্লাপ্রে অত্থনা মানা কাভুক-কারলকা তৌবা উবা থোক্লবদি থর চৈ-থাংবিয়ু। হেক্ক পোকমিন্নবা নচলগুম্মা থন্দুনা মাবু য়ারকপীয়ু ।

( মতম অসিদা মপালদা ক্যরগী হোয়ন ত্যবা, রূপবানগা আনন্দিগনা মপাল্লোমদা য়েংবা )

রূপবান—ঐখোয়গী সত্যবাননিনা··· ।

আনন্দি—ঐনা কৌখিবনি ; হন্না কারস্থ পুরকউ হায়খিবনি।

( সত্যবান য়াম্না কেনা চংলকই ; আনন্দিনা তন্নাম তন্নাম ওকই )

সত্যবান, ইবুঙো চংঙকউ লাও।

সত্যবান—ইন্দোলবেম্মা ।

আনন্দি—ফম্মু। ( সত্যবান চেয়ারদা ফম্মী )

সত্যবান—( খুদাংগী ঘড়ী য়েংলগা )

ইন্দোলবেম্মা, পুং ৩।। তাখরে।

আনন্দি—হোয় হোয়, ইবুঙো ।

রূপবান—কদাইদা চৎকদৌরিবনো সত্যবান ।

সত্যবান—দাদা, শ্যামাগী চহি পরীক্ষা লোইবগী ইন্দোলবেম্মনা সিনেমা য়েংহনগনি কায় পুত্থনা লাকউ হায়খ্নন্না লাক্লিবনি।

রূপবান—ও ! সিনেমা য়েংবা চৎকদৌরিবা !

আনন্দি—শ্যামা।

শ্যামা—( মনুংদগী ) ইমা!

আনন্দি—নংগী ভামোগী চাদো কপ অনি শুরকউ।

শ্যামা—( মনুংদগী ) ইমাসু থকখিগে হায়রা।

আনন্দি—অহুদি ইবুঙো, ইন্দোন ফি অমত্তা হোংদোকলুখিগে।

সভ্যবান—ভপ্পা হোৎনবীবু। কায়না চৎপবু মিনিট ৩ দা য়োগনি।

আনন্দি—হোয়নে হোয়নে। ( চংখিবা )

রূপবান—( ঘড়ী য়েংলগা ) ইহে, ঐদি পুং ৩ দা মিটিং অমা লৈনা।

সভ্যবান—পুং ৩॥ ভাখরে।

রূপবান—অহুনি। ( হোগৎলগা ) সত্যবান, নং কমহোৎো ঐ চৎলয়গে; ঐবু হংলগা মিটিং অমা লৈহনা চৎপ্রে হায়য়ু।

( চৎক্কে ভোবা )

সভ্যবান—দাদা, চা থকখিসিদনা।

রূপবান—হুম, ঐ থক্লয়োই য়াম্না লুবা মিটিংনি; ঐ চৎলে।

( থোকখিবা )

( সভ্যবান কম্মস্বদগী হোগত্তুনা হুই থোংহুনা কোইৎ চন্থুন্না লৈ, অহুদগী মেগাজিন লৌহুনা চিদাই ৰন্দা লেপ্তুনা য়েংহুনা লৈ। )

আনন্দি—( মহুংদগী ) শ্যামা, নং ভামোথোয়গী চা পনবা য়রহু লোই-ত্রিবয়নে?

শ্যামা—( মনুংদগী ) লোইরে লোইয়ে ইমা।

( সত্যবান রাহুদা হয়াওবা ; শ্যামানা মথুং নাম-নামদা চা কপ অমমম পায়হুনা থোয়কপা ; মায় লুকথনা থোয়কপনা সত্যবানবু রূপবাননি নীংহনা )

চা অসি তহা-তহা লোনবনা কয়া মথোং চারম্ময়োই হাউত্রবনু হাউই হায়মুকো।

( চা টেবীলদা থমলগা ) ইমাদি?

সত্যবান—ইমুংদা চংখ্রি।

( শ্যামানা খংয়েং হেক য়েংঙুবদা সত্যবান ওইরম্বদা মায়থোং লাংশিনবা ; তঃঞ্জা অসিমক্তদা আনন্দি থোয়কই, সত্যবান চা থকই ।)

শ্যামা—তামো ওইরে— ঐদি----।

সত্যবান—দাদা রূপদি মিটিং অমা লৈ হায়হনা চৎখ্রে।

আনন্দি—শ্যামা, চৎলু নফি অফবা হোংদোকলুয়ো, নংগী তামোনা কায় পুরক্লি সিনেমা য়েংঙুশি।

শ্যামা—ঐবু কনানা চৎকনি হায়বগে,— ঐ কোক য়াম্মা চিকথরে, চৎনীংদে। ( চংখিবা )

আনন্দি—হি-ইস্, মরো ভৌরেদা অঙাংসিদি।

সত্যবান—( চা কপ থমলগা ) ইন্দোলবেম্মা, শ্যামাগীসি থোইবী লাইনা মাল্লিদা।

আনন্দি—চ[illegible]বা মা তোকসনু— ইন্দোন চৎকনি। হাই, শ্যামা নংগী [illegible]াবুংনা হংঙরবদি ইমাদি তামো সত্যবানগা সিনেমা য়েংবা চৎখি হায়য়ু। চৎসি ইবুঙো।

সভ্যবান—( তম্না ) লেংঙসি। ( আনন্দি থোকখিবা, সভ্যবান ইমুংলোমদা ভুং হন্না হন্না য়েংহনা চংখিবা।

—লাইট—

———————

## ৪ শুবা উৎপা

### বসন্তগী য়ুম্ন

।।দ

( মপালগী মী-পোং লাক্লগা কম্লনবা কানি ; টেঙী ইমানা অরু-অহেন পোৎ-চৈনচিংদা কয়া লৈ ; টেবীল য়'বা ওয়রোই। নচিংবা পোৎ-চৈশু লৈ ; রজনিনা গ্লাসনচিং ওয়রোই। ভাক্তুনা লৈরম্মী ; রূপবান চংলকই ; মমানা গা নংগী লৈফম ঙুংঙাইতনা য়েংঙি।) লৈফম-চাকম

রূপবান—ইমা। ংদদি শোয়দনা

রজনি—ইবুঙো।

রূপবান—করি ভৌরিবগে ?

রজনি—নংগী ইপু বিধুসু থবক অমা চংখি ... হী

অত্থদা নংগী কাকাগী মী-পোং লাক্লগা যাং ...বদা লৈরু-

থোৎপা থয় য়েংশিনবীরম্বনি ; কৈদে ...নবকাম্ববা মফম

রূপবান—করিসু ভৌদে। ইমা, ঐনা গে...

ওয়্যাদিন্সাক্লা দয়থারু থাখিবদ্ধ ঐকু লাকলের হায়রুনা লো লাক্লে। কুম্দ্রোসি হায়বগে ?

রজনি—অহুদা নংগী কাকাগী····।

রূপবান—মহু ঐসু থল্লিবনি— অহুদা ঐদি···।

রজনি—কৈদোবা ?

রূপবান—য়ুম অসি থাদোকনীংলে।

রজনি—করিগীনো ?

বান—মখোয়গী মরম থুপ্সহুনা পুন্সি অসি লেল্লকই হায়হুনা মাম্চানা ঐবু হুম্বা মিংয়েংন্না, য়েংবা— ঐ থাঙ্বা সত্যবান্ হুগা নচা পাথং ঐ লৈরগা ইমাবু ইল্লোমচান্না

শ্যামা—তামো শনগুম্না লোয়নবা, অথীবা থোম্না শীজিন্নবা

সত্যবান—দাদা থাঙ্হুনা লৈবা ঙম্মক্তরে।

আনন্দি—শ্যামা (নোক্লগা) মহুগীনা ?

কার ; থপাল তাংঙি হায়হুনসু ইমানা য়ুম অসিগী

শ্যামা—ঐবু থাকীনু মথক্কী অহলনি, মহুগী ব্যবহার অত্ত চৎনীংদে

আনন্দি—হি-হি কদোবগে ; নল্লোমচান্না লাহৈ থুম্লম চাউনা

সত্যবান—( চানা নং ঐদা পাৎপরনে।

লাইনা থবা ঙমলমগনি অহুবু ঐদি থাঙ্বা ঙমরে ;

আনন্দি—চা মহু শোনবা উচেক-রারাবু তুহৎপগুম মহাক্না নংগী থোলাকথহুনা থাংবা-চৈবহুবু উনা-উনা তানা- য়েংবা চৎয়ন্না থাঙ্হুনা লৈয় হায়বগে ?

রজনি—অত্থবু ইবুঙো, নংগী কাকাগীদমক্তা ...।

রূপবান—কাকাবু য়েংথনা ঐগা ইমাগনা থাগুলক্লিবনি। চুম্মী, কাকনা ঐখোয়বু য়োকপীরক্লিবনি থাকপীরক্লিবনি, ঐবু মী অমা ওইনবা শেম্বীরক্লিবনি মত্ত খুদম্ নত্তে ; কাকাবু থাদোক্লিংবা কায়ননিংবগী রা নত্তে ; কাকানা ঐখোয়বু লুনা চান্না সুংশিনা তৌই হায়দুনস্থ ঐখোয়বু তোপ্পা লৈহন্নিংবা ইন্দোমচাগী পুক্লিং অসি উনা-উনা ঐখোয়বু অসুম্মক লৈরসি হায়বরা ? ঐখোয়গী মরমগীদমক কাকাগা ইন্দোমচাগা কায়নবস্থ ওইথোক্তে। য়েংঙোই ইমা, ঐগীদি তশেংনা হায়রিবসিনি— ঐ অমা লৈনা-লৈনা ইমানা য়ুমসিদা মীখা থানা তোম্না লৈবসি ঐদি য়েংবা ঙম্মরোই। ইমানা লৈহৌগে হায়রগা লৈহৌরো ঐদি ঙম্মরোই।

রজনি—ফরেনে নংনা মোষ্টরাংদা ওঝা ওইবা চৎলগা নংগী লৈফম চাফমদি মথোয় স্কুলগী মীনা পীগনি হায়ব

রূপবান—মত্থগীদি ইমা, ঐখোয়না হেক চৎখিবগা লৈফম-চাফম থৌরাং তৌবা ঙমদ্রবস্থ তরানি মঙানিগী মঙ্গুংদদি শোয়দনা থৌরাং তৌবীগনি।

রজনি—( রাখল তৌবা ) উম্।

রূপবান—মত্থগীদি করিস্থ লৈতে।

রজনি—ও ! চৎলবদি লৈফম চাফমগী ধারুরদ্রু। বা খবদা লৈরু-বদা য়াম্না সুঙাইরুগদবা ইয়ুমগুম্না লৈগনবকাম্বা মফম অমা লৈরে।

রূপবান—কদাইরাইদনো ইমা ?

রজনি—নংনা পিশক পিকলিঙ, ঐখোয়গী লৌ-শিং লৈরিঙৈদা নংগী পাবুংগী লৌ উরম্বা চন্দ্রহাস হায়বা নিপা অমা মোইরাং কৈথেল মনাকমক্তদা লৈ। মাগীদা লৈরুরবদি ইমা-ইচাবু য়াম্না লুনা তৌবীগনি।

রূপবান—চন্দ্রহাস হায়বত্তনা ঐবুদি শক খঙলমগদ্রা ইমা ?

রজনি—অঙাওবা ! নংবুদি পিশক-পিকনা উখিবনি, কদাইদগী নীংশিংলমগনি। নংবু খঙদ্রবস্থু ইমাবুদি মহাক শোয়দনা খঙগনি। মাগী মমুমদা ইমাদি য়াম্না তোয়না চংলুই।

রূপবান—অদুদি ফরে।

সরোজিনী—( মপান্দগী ) লেংশিল্লকউ ইবেম্মা।

( সরোজিনীগা আনন্দিগা চঙলক্কই ) চেয়ার অসিদা লেংশিল্লু।

আনন্দি—ময় ইচেবেম্মা। ( আনন্দি ফম্মী )

রজনি—ইচেম্মা, লেংঙকইবরা ?

আনন্দি—হোয়। ( রজনি চৎকে তৌবা )

সরোজিনী—ইচেবেম্মা।

রজনি—করি হায়বগে ?

সরোজিনী—চুড়া বিধু লৈত্রা ?

রজনি—[illegible]না, খবক অমা চৎখিম্নাল্লে।

সরোজিনী—চ[illegible]গী মথাদা সুকলৈ লৈতবা অহল অসিবু... । [illegible] চৎকে তৌবা ) আ— ইচেবেম্মা, ঐ ইনাও য়েংবা চং[illegible]

/

আনন্দিগা য়াম্না লুবা রারী অমত্তা শাগে, অতুনা শংলবদি ইচেবেম্মা চা থকশিনা—। ঙসাই ঐনা ক্যাটলিদা ঈশিং শাহন্দুনা থনম্বনি; ( রাতু তাবদা রূপবান থরাই ফুঙাইতনা থোকখিবা )।

রজনি—থকশি ইবেম্মা লোল্লকে।

আনন্দি—ইচেবেম্মনা চা লোল্লগা ঐখোয়না থক্লগদরনে ?

রজনি—ইনাওসিদি করিসু খল্লুসু, থক্কদবনি।

( চৎখিবা )

সরোজিনী—হায়নরিবা রাফমসিদা ইনাওনা পামলিববু করিনো ? হেক্তা লোথুপ-লোকোই লৈতনা ভাকপিয়ু।

আনন্দি—ইচেবেম্মা, ইচা-নচা লোন-লৈনহনশি হায়দুনা ইচেবেম্মগা ঐগা ঙাংনহুনা লৈবসিদা অকাইবা থিনগাইবা অমা লাক্কদোরেনে ?

সরোজিনী—করি অকাইবা, করি থিনগাইবা ?

আনন্দি—ইচেবেম্মা, হুন্দক্কী রাসি থুরক্কী ঈনা লাই শাই হায়বহুনিদা :

সরোজিনী—অদুবু হায়ও করি তৌরবগে ?

আনন্দি—ঐখোয়দি মচিন মৌপুরাগুম্না খন্নগদ্রা হায়দুনা শ্যামাবু রূপবানদা মহৈ তমহল্লুবসিদি য়াম্না লানবা অমা ঙইরম্রে। মহৈ তম্বীবদা, নত্তনা কনাগী সুংশিনবকাসু লোইনা তম্বীরম্লে।

সরোজিনী—অদুম্বরনে ইনাওনা হায়রিরসিবু ?

আনন্দি—ইসে, ওন্থোকপনিদকো ইচেবেম্মসে।

সরোজিনী—নত্তে, অঙাং মশেল ওইবগী মুমিৎ থুদিংগী উনবহুদা ওহাক মিৎকা মিৎকা----- ।

আনন্দি—মহুগী পারাকা হেনগ্রপোংনি— আ—লম য়োংশ্রবা জাৎনি।

সরোজিনী—লম য়ৌনরে হায়বা ?

আনন্দি—লম য়ৌনবদা নত্তে আ—থোইদো তানরবা, তানরবা।

সরোজিনী—ম্না অসিদি ঐদি পুমঙকপু ঙকলেনা সিদি----- ।

আনন্দি--চুম্নগী মুংশিনবা নত্তেনে, মহি চেন্নবনিদে লৈরবা।

সরোজিনী—অহুবু ইনাওনা মথোয় অনিগী ইচেল অদু থদংনবা হোৎনবা য়াত্রবরাও ?

আনন্দি—গতি মচিল তেকলে।

সরোজিনী—ইনাওখোয়গী ইবুঙো কুমারদি থঙদবরনে ?

আনন্দি—করিগী থঙদদগে।

সরোজিনী—থঙলবদি··· ।

আনন্দি—থঙহুনা কৈদোগদগে ! মথোয়গী পাবুংনা রূপবানবু য়াইনে। অহুনবু লম অসি য়োগ্রিবনি; নত্রবদি ঐগী চিহাই অসিদবু ·· হে হে মথোয়গী মতিক কম্নি লৈহুনা···। মথোয়গী পাবুংনা য়াবসিদা ঐগী গতি লৈত্রবনি ।

সরোজিনী—অহুদি ইনাও কমদোসি হায়বগে ?

আনন্দি—কমদোবা হায়ববু হৌজিক্কী মতমগী মথোয় নহারোল মুংশিনবা অসিদি তরানি-মঙানি থা অমত্তং মপক উনহন্দবদা মরাইনা কাউনজথিগনি।

সরোজিনী—উনদনবা শিনগদবসিনেনে লুরিংবু ; রূপবাননা শ্যামা লাইরিক তগীরিদো অতুগীসু মথক্তা ইবুঙো কুমাররনসু রূপবানবু য়াই হায়রিদো। মসিদা লুপ্রে তৌগদবসি।

আনন্দি—করিগী লুগদগে? রূপবানহুবু মোইরাংদা ওঝা ওইবা চৎলগনি হায়না তাইদা।

সরোজিনী—অতুদা সত্যবানখোয়গী পাবুংনা য়াত্রবনিনে।

আনন্দি—অতুবু য়াত্রিবা, থিংলিবা করিগীনো? ঙাওরে হায়বরাও? অসুক চাউথ্রবা সম্পত্তি অসিদা রূপবানখোয়গীনি হায়বা শিংহুম অমগী মান্ য়াওত্রবা নত্রা? অসিদা অসুম লৈহল্লবদি ময়ুম-মকৈ পাল্লক্লবদি মখোয়গী শরুক থুংদবা য়ারক্লোই, মতুদা ইচেবেম্মখোয়গী কয়াদা মাঙজপ্রবনো। অতুনা ইচেবেম্মা কান্নদে, লৈতুম অমনা উচেক অনি পালহনসি হায়রবদি রূপবান অসি য়ুম অসিদগী চৎথিনবা খুজিল কন্না তৌবীয়ু। মাবু চৎথ্রবদি ইচেবেম্মখোয়গী সম্পত্তিসু মাঙক্লে, সত্যবানগা শ্যামাগা লুহোংবসু কায়ররোই।

সরোজিনী—ফৈ ইনাও; য়েংগে ঐগী ( মতাং অসিদা রজনিনা চা কপ অনি পুথোরকই ) চক্রী-শলাইদা মখোয়না কয়া কুইনা থাঙহুনা লৈবা ঙম্বগে হায়বহু।

রজনি—চা লৈরে ইবেম্মা। ( টেবীলদা চা থম্মা )

আনন্দি—( চা য়েংলগা ) চা অসিদি শঙ্গোম রাংনা উইদা, শঙ্গোম নমত্রবদি ঐদি চা অসি কয়া হৈনদেনে।

রজনি—ইচেম শঙ্গোম লৌরুখিগে । ( চংথিবা )

সরোজিনী—থবক তৌবদা মচু তাদবনিনে ।

আনন্দি—( চা থক্লগা ) করি চানো সিদি— চিনিস্সু করিমত্তা নমস্ত্রেনে । ( সরোজিনী ইকাইখগা লোয়ননা চা ৎক্তুনা য়েংবা ) হুম, কপনা মোৎলিবা ।

সরোজিনী—( ইকাইহুনা শাউনা ) অস্মুম্না মী-পোং লাক্লগা চা পীথক্কদবগী শরুকপুদি লোননিংদে হায়রগা লোননিংদে হায়য়ু, ইথুং পাল্লি ইম্নাইনা লোনজগনি— চা-বু অস্মুম্না থকপা হৌনবরা ?

( চা কপ অহু তাপ পায়ত্তুনা লংথিবা ; রজনিগী মরাইবক্তা পান্দুনা রজনিনা— "ইস্" হায়না খোঞ্জেল কায়না হায়রকপা ; সরো, আনন্দি ফম্মস্বদগী হোগত্তুনা য়েংবা )

রূপবান—( মঙ্গুংদা ) করি তৌরে ইমা ?

রজনি—( মঙ্গুংদা ) করিস্সু তৌদে ইবুঙো !

রূপবান—(মঙ্গুংদা ) লাইবক্তা ঈ-থোক্লগা করিস্সু তৌদে হায়রিবা ? লাও, কাকাগী কাদা মোলোম লৈহৌবনি তৈশিনবীগে । ( রূপবাননা মাং থাঙ্গুনা রজনিগা চংলক্কই ; রজনিনা ঈ-তৈবা মথুৎনা মরাইবক পাই ; আনন্দি সরোজিনী য়েংনৈ )

রূপবান—কৈদোবদা খোক্লিবনো ইমা ?

রজনি—থোঙজিন্দা থেংজিনবনি ।

( রূপবাননা উপু হাংদোক্তুনা হিদাক লোথোক-লোথোকনা )

রূপবান—থোঙজিন্দা থেংজিনবনা অন্থুক থিনা শোকপা হৌনদে।
( সরোদা শাওনা য়েংলগা ) ইমাগী মাংদা কপ অমা কাইহৎনা ভাহৌবহৎনা শোকপা নত্ত্রনে ?
( লাইবক্কী ঈ অহু তৈথোক্লগা মোল্লোম তৈশিল্লগা বেম্মেজ তৌবীবা )
হুম, অচুম্বা ব্রা হায়বা ফাওবা ঙমজদ্রকরা ? ওহ্লোক্লা শোন্না লৈরেদা।
( মতম অসিদা বসন্ত চঙলকই )
সরোজিনী—মানি, অহুবু কপ লংথোকখিদা শোকখিবনিদনা।
বসন্ত—ইতৈমগী লাইবক অহু করি তৌরে।
রূপবান—ইন্দোমচানা---- ।
রজনি—আ, মন্দোমচা সরোজিনীগা ইনাও আনন্দিগা থক্রবা চা পুথোরকপদা থোঙজিন্দা থেংজিল্লিবা! করিস্থু তৌরোই ইবুঙো।
বসন্ত—হুম, ইতৈমনা কয়াম ব্রাংলদনা, অহুগা থোঙনা কয়াম নেম্মদনা— । থঙঙে ; নত্তে, ইবেম্মা আনন্দি করি থবক্কী ?
সরোজিনী—আ,— ইবেম্মনা লাক্লিবসি ঐনা নহান হায়জবা ঐথোয়গী সত্যবানগা ইবেম্মগী ইচানুপী শ্যামাগা লুহোংনবগী মরমদা ব্রা তাম্রবা লাক্লিবনি।
বসন্ত— ও ! ( রূপবান মথরাই হুঙাইতনা থোকখিবা )
সরোজিনী—অহু কমদৌসি হায়বা ?
রজনি—ইবুঙো, হায়রিবসিদি য়াম্না কৈনা।

বসন্ত—ইতৈমখোয় খ্বাইনা ফৈ হায়রবদি ফৈ কৈদোবগে।

আনন্দি—অতুদি ইতৈবুঙো, অঙাং অনি অসি পক্লবা-পক্লদবগী মরম অমত্তুং থঙদোকপসিবু…… ।

সরোজিনী—মতুগীদি নোংমা তুমিৎ অকবা অমদা অঙাং অনিগী কুঠি পুরগা পাঞ্জিদা চৎলগা লোইরে ।

আনন্দি—করে, ইচেবেম্মা অতুদি ঐ য়োক্সরগে । ( হৌগৎপা )

সরোজিনী—( হৌগৎপা ) ফরেনে ।

আনন্দি—চৎচরগে ইতৈবুঙো ।

বসন্ত—ইবেম্মা ।

সরোজিনী—অম্বাই কাওবা থিন্দোক্কে ।

( সরো, আনন্দি থোকখিবা )

রজনি—ইবুঙো ।

বসন্ত—করি হায়গে ইতৈমা ।

রজনি—ইতৈমা, রা অমত্তা হায়গে হায়ববু নং রাস্নোগন্ত্রা ?

বসন্ত—করি রানোনে ইতৈমা ?

রজনি—মতম থরদং ইতৈমথোয়বু… ।

বসন্ত—কৈদোবা ?

রজনি—নহাক্কা কায়নবা ভারিবরা ?

বসন্ত—কায়নবা ?

রজনি—হোয় ।

বসন্ত—( মুঙাইতবা মীনোক নোক্লগা )

করি রানো ইতৈমা, রাকম অতুদি ঐঙোন্দদি মঙঙুমা

থোক্কলে। ( মতম অসিদা রূপবান চঙলকই ) অম্বক কুইথ্রবা মতম, ঙসি ফাঙবদা ননাওনিপা ঐনা ইতৈমা থোয়গী সেবা ভৌজরকপদা করি ননিং থুংদবা য়াওরবগে?

রূপবান—নীংবা থুংদবা করিমত্তা লৈত্রে কাকা। কাকানা ঐথোয়বু হুংশিবীবা চানবীবগীদমক্তদি পুন্সিগী লমন তোল্লগদবনি। অদুবু কাকা, ইকাইবা মায়থীবা অসি মায়োক্নদুনা পুন্সি অসি কয়া কুইনা থাদুনা লৈগনি।

বসন্ত—ইকাইবা! মায়থীবা!— রূপ, না অদুদি কাকাদি ভাব ভাবা ঙমদরে। কনানা ইতৈমা অমম্পুং নংবু ইকাইবা, মায়থীবা পীরবগে?

রূপবান—কাকা, কাকাবু হুংশিজবদগী অমদি কিবদগী থম্মোয়-হুংগী হুংঙাইতবা, শাউনীংবা পূম্নমক কোক্‌দোকচদনা অম্বুক কুইবসি লোত্তুনা থমজরকপনি: অদুবু অম্বুক লোত্তুনা লৈবা ঙম্মক্তরে। ঙসিদি রাদো কাকাদা লোইনা তেংনা হায়জরগে। ইন্দোমচানা থনবা রাথল ঐ লোইনা উজরে, ঐথোয়বু তোপ্পা লৈহন্নীংবগী রাথলনা মতম পূম্বদা ইন্দোমচাগী পোথাফম লৈত্রে। মহু থঙনা-থঙনা ঐথোয়না অসিদা লৈবসি চুনত্রে হায়না থম্রে; অদুনা ইন্দোমচাগী নীংবা থুংজরসম্ব।

বসন্ত—ঐ লৈরিবসিদি·····।

রূপবান—অদু ওইরবস্ব কাকা···।

বসন্ত—রূপ।

রূপবান—ঐদি ইন্দোমচাগী ফজদবা য়াঙাং, সুংশিদবা মিৎয়েং, পূম্নমক অদো ইমানি নীংছনা খাঙবা ঙম্মী, অদুবু কাকা, ভশেংনা হায়রবদা ইন্দোমচানা ইমাবু মীনাই-মীশনগুম্না লোয়নবা, অহল অমা ওইবগী ব্যবহার থম্মীদবসে ঐ য়েংছনা লৈবা ঙম্মক্তরে।

বসন্ত—মতুংগীদমক্তা ওইরবদি রূপ, ঐনা নন্দোমচাদা হায়গনি। পূম্নমক ফনবা শীনগনি। ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিগন্থু। রূপ, য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিবদি করিম্মু লৈতে, নখোয়না ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিবদো ঐনা লৈহোবা ঙমলোই।

রূপবান—নত্তে নত্তে কাকা, ঐখোয়গী য়াসি ইন্দোমচাদা অমুক হায়বীরুগন্থু। নীংখায়রক্লবা পলবু য়োৎপাক পায়ত্তনা অমুক ভোথোকপা তাগনি; ইমুং মহী লাঙবগী মথক্তা অমুক্তা হেন্না লাঙলগনি।

রঞ্জনি—ইবুঙো, নচানা হায়বসিদা অচুম্বা অমা লৈ; খা-য়াংগী মাংদা ইমুং মহী লাঙনা পানগদবগী শরুকপুদি----।

বসন্ত—মহী লাঙগে-লাঙসন্থু ইমুং কায়গে কায়সন্থু; ইতৈমগা রূপবানগা চৎখিবা য়ারোই। ইতৈমা, ঐগী কনা লৈরি, ঐগী হায়ববু ইতৈমনা ইমা-ইপা শক্তুনা লৈরিবনি।

রঞ্জনি—অদুননি, ইতৈমনা অহল অমা ওইনা য়ুম কায়দনবা শীল্লিবনি। ইতৈমনা য়াম্না মুন্না খঙলে, ঐখোয়না অস্তুম নংগা পুন্না লৈরবদি নোংমা নত্রগা নোংমদি ঐখোয়গী-মমক্তা নং নকোক য়াম্না চাউরকপা তায়ে। অদুনা ইতৈমনা

মরম ওইহুনা নংগী সংসার কায়বদো য়ুমগী অহল অমা ওইবগী লিচৎ নত্তে ।

বসন্ত—নত্তে ইভৈমগী রাখল অহু য়াম্না লানখ্রে। সরোজিনী অমদি ঐনা হেক্ক পোকচবা সত্যবাবু, মাখোয়বু কায়নবদা ঐঙোম্বা ম্রানা থোকতে ; ইভৈমগী রূপগা কায়নবা তারবদি ঐঙোন্দদি সনজিং কীম্বরক্তুনা ননবগা পাথক ওইব্রে। মরমদি লৈপাক্লা হায়নগনি, মীনা ঙাংনগনি—ময়াম্বা লৈভহুনা মভৈমগা মচা রূপগা মমমদগী তানথোকপীরে হায়না ; মহুগী মীনোক মৈশাহু ইভৈমনা য়েংহুনা তাহুনা লৈবা ঙমগদরা ?

রজনি—বসন্ত !

বসন্ত—খুম্বীয়ু ইভৈমা ।

রূপখান—কাকা, মহুগীদমক্তুদি করিমত্তা থনবীরুগন্দু। কাকানা ঐখোয়বু চহি কুনমুক য়েংবীরক্রে— কাকাগী মপান্দগী ঐ মী ওইজরে, মসিদা লৈপাক্লা করি হায়গদৌরিবনো ? অহুগীসু মথক্তা ঐনা ইস্কাল অম্বাইদা মীগী শাইজিন শায়াদা তাংহুনা লৈগদবসু নত্তে—. ঐগী ইথৌগী মতুং ইম্না মোইরাংদা ওঝা ওইবা চৎপনি। মসিদা কাকাবু কনানা ফজদনা ঙাংনগদগে !

বসন্ত—উম ! ( দুংশা স্বর মপী শাংনা হোন্দোক্লগা, সুঙাইভবা মীনোক নোক্লগা )

হু…হু…হু মহুরা রূপ, ঐনা অসি য়ৌনা নখোয়দা হায়জবদা

করিমন্তা লৌত্রগদি ... ... করে, ঐ মখা তাররোই—নংগী কাকাবু থাদোক্কুনা চৎপনা নংগী মুঙাইগদবা লৈরবদি চৎলো। (মীগী ঈরা হোৎনা) রূপ, নংদি থঙলিরোই, লৈখিব্রবা ঐগী ইয়াম্বা, নংগী পাবুং অছু কায়নবগী মৈচাক অছু নংগী নশক য়েংলে হায়রগা ইপানা থাঙবা ওমলিবনি, অছুবু নংনা ময়াত্রবনিনা চৎলো। (রজনিদা) ই তৈমা, ইতৈমগা রূপগনা চৎপ্রবদি ঐগী হকচাং কয়াৎ অনি ভেকথিবগা মান্নরগনি। নখোয় অনিনা চৎপ্রবদা নখোয় অনিগী হাঙলবা মকম অসে কনা লাক্কুনা মেনবীরগনি ইতৈমা ? রূপবান. নংগা ননাওগবু কাকাগী মিৎ অনিগী পান্দমগুম থমজবনি অছুবু নংনা চৎপ্রবদি কাকাদি ঙসিদগী মিৎ নাম তাঙহোবা তারেদো, অছুগা লৈহৌরিবা মিৎ অসিমদি কান্নত্রবা মিৎনি।

রূপবান—কাকা !

বসন্ত—রূপবান, নংনা মতম পুম্বদা কাউরোইদবা নীংশিংগদবদি মপালখোংগী হকচাং হকচাং লেৎনবা য়াই, কায়নবা য়াই, অদুগা থম্মোইগী মুংশিনবগী লৈপুনদি পুন্সিনা লৈরিবমখেদি কায়নরোইদবনি, থম্মোইদি অমত্তা ওইদুনা লৈগদবনি রূপবান। মছু ওইরবদি নংগী কাকাগী লমন পুন্সিদা তোন্দবা ওইয়ু— নত্রবদি রূপ,----।

রূপবান—কাকা।

বসন্ত—(চঙশিল্লক্কুনা রূপবানগী মকোক নানবীদুনা) রূপ, নংগী

কাকানা নথোয়বু কাউদবগুম নংনা ঐবুস্থু কাউগন্নুকো।

রূপবান—কাকা, নহাক্লা ঐগী পুন্নমকনি।

( বসন্তপ্পী মথোঙ পায়ন্নুনা থুরুপ্পা )

—লাইট—

---

৫ শুবা উৎপা

( কুমারগী থোঙ্গাল ময়াদা লৈবা লৈকোল যুম্ফী শরুক থয়ন্দ্র উরি ; কালা Con. না লৈ ঈশিং চাইদুনা লৈরম্মী ; বিধু হো-হো চেল্লকই। )

বিধু—ইবুঙো ! ইবুঙো কালা নত্রা ?

কালা—মানি ইপু ; কন্নি তৌরে হুংপা স্বর থবেৎ থবেৎ হোনবা মথৈ চেল্লকলিবসিবু।

বিধু—ন্না অমগীনি ইপুনা হো-হো চেল্লক্লিবসি।

কালা—অদুবু কন্নি তৌরবগে ?

বিধু—ঐথোয়গী ইবুঙো ইন্সপেক্টরবু লৈবরা ?

কালা—লৈত্তে, চথোকখি। কনা কন্নি তৌরবগেনে ইপু ?

বিধু—অদুদি ইশু ইপু ন্না অমা তান্নবা তারে। অসু নথোয়গী থানাগী সিফাই থর লৌনি হায়্যব ম্লায়ন্নোইকো ?

কালা—ইপুবু ?

বিধু—হোয়নে ।

কালা—( ঙক্না ) এঃ ইপুগী চহি মতাং অদুনা !

বিধু—ইহে-ইহে, ইপু নত্তে ; ইশুনি ।

কালা—হোয়নে ।

বিধু—ভহা-ভহা চেল্লকপদা ইপু ইপা পাথৎখিদুনা রা শোয়খয়ে । অসুম তৌবনি—আ – লরাইদা ঐগী ইশুশিং থোকপা অমা লৈ ; হয়েং নখোয়গী থানাগী সিফাই লৌদগী আ-ইনফিউ হায়বদু য়াওগদৌরি হায় ।

কালা—( নোক্নুনা ) করি ইপু, হৌজিক্কীদু করি হায়বা ? হা···হা—হা··· ।

বিধু—ঐনা অসুক থবাই য়াওনা হায়রগা মানা নোক্লিবসিবু··· ।

কালা—( নোক্নুনা ) নত্তে, হৌজিক্কীদুবু করি হায়বা ?

বিধু—( শাউনা ) য়োং অসিদি । তানীংঙগা তান্নীংদে হায়রু : করি কান্নবা করেম্নরিবনো ? ( চৎকে ভোবা )

কালা—ইহে, ইহে ঙাইখোনে ইপু— ( বিধুবু ফাবা )

বিধু—( শাউনা )শে, থাদোকউশে । নমান্নদোনা হদুবা ঐঙোম্দবু ক্যুরেম্নবা শারিএ ।

তৌ[illegible]বা নত্তেনে ইপু ; ইপুগী মাদা নোক্লিংবা মাইহৈ অমা

রূপবান—কা[illegible] । হয়েং থানাগী সিফাই কৈদৌবা ?

বসন্ত—( চঙ[illegible] ) [illegible]ভোগনি হায়বা ।

কালা—( মচিন খুমহ্না নোকপা ) ইপু, ইনফিউ হায়বা নত্তে ইণ্টরভিউ হায়বনে ইপু, ইণ্টরভিউ।

বিধু—মহ্নদি কনানা খঙজগে।

কালা—ইণ্টরভিউ য়াওগনি--অহ্ন কৈদৌবা ?

বিধু—অহ্ন ঐগী ইশু অহ্ন ওইহনবীনবা হোৎনবা শুমগদরা ?

কালা—অহ্নগীরা ইপুনা অহ্নক রাম্বিববু, পেনামুক লায়বা থবক অহ্নবু।

বিধু—শোয়দনা শুমগদরা কালা ?

কালা—ইশে, ঐগী খুত্তা লৈনে, ঐগী খুত্তা।

বিধু—নত্তে, শোয়গদবা লৈরগা ইবুঙো ইন্সপেক্টর উনহৌগে।

কালা—কম্বিগী শোয়রুগদগে ইপু ? ইপু, ঐখোয় অসি মারুগামক ওইরবস্থ অসিগুম্বা থবক হাপত্তোক হাপচিনবী মরমদদি ঐখোয় অসি থানাসিদদি হায়ফেৎ লিংঙিবা জাৎনিদা।

বিধু—ইপুদি খঙদহ্না হংজবনিকো।

কালা—অসিগুম্বা রাফম অসিদা কনা খঙন-চাম্নে হায়হ্নলস্থ ইপু মক্না ঐখোয়গী বাবুদা হায়বা ফজদে— ঐখোয়গুম্বা অমম্বা মরক্তা লৈগদবনিনে।

বিধু—চুম্মীনে চুম্মীনে। মতমগী জুংশিং য়ৈদম্বনা ইপুখোয়দি পুংপঙ পঙগ্রেনে। অহ্ন কমদৌশি হায়বা ?

কালা—হৌনবীবু কয়াম পুরকপগে ?

বিধু—হৌনবী হায়বদি ?

কালা—ইশে, হৌনবী ! হৌনবী !

বিধু—হৌনবী হায়বদু করম্বা ঊহে-ম্বাহৈনো করম্বা ভা-চা'ক্লো ?

কালা—ওম্ংোকপা অহঙামিদা। হৌনবী হায়বদি তেং-তেংগী ম্বানিনে। কয়াম পুরকপগে হায়বনি। তেং-তেং য়াওদ্র-বদি হৌজিক্কী মতম অসি শঙ্ক-মাইনক্কা চৎনব্রে।

বিধু—তেং-তেং হায়বদু করিনো ?

কালা—ইশে, মত্তে, ইপু নংগ্রীসি ম্নীনীঃদহনা পঙগে হায়রুনা পঙশিন্নরিবরা ? হা ইপু ?

বিধু—(শাউনা) করিনো নহাসিবু খঙদবগী হংবনি।

কালা—এঃ মানা হেন্না শাউগৎথ'রানে।

বিধু—শাউদবদি ; খঙদ-হৈদবা মীমু খঙনবা তাকপীবসিবু অখঙ-অহৈ মীগী মথৌ মত্রা ?

কালা—তেং-তেং হায়বসি শেন্নবু হায়বনি।

বিধু—ওসাইনা অতুম হেক হায়য়ুদনা।

কালা—য়াওরকপরাও ?

বিধু—অদুবুদি য়াওরকইনে।

কালা—কয়া য়াওরকই ইপু ?

বিধু—কয়াম চংনবগে হায়বত্থদি ইপুদি খঙদে, খীও অদুনা লুপা ২০০ ( চনি ) পনম্মীনে।

কালা—কদাই পীরো।

বিধু—নঙোন্দা পীমু হায়রিবরা ?

কালা—ঐঙোন্দা পীত্রবদি কনাদা পীরুগে-হায়ম্রিবনো ?

বিধু—ঐনা হায়বদি বাবুদা---- ।

কালা—( শাওশিন্নহুনা ) ফৱে ফৱে পীৰুৱো। ঐনা ঙসাইনা ইপুদা হায়গ্রেদন — অসিগুম্বা শেন পীজবা খোৎচবগী থবক অসিদি ফনা খঙ:ন চানৈ হায়হুনসু হাকথেংনবা য়াদে মৱক্তা ঐখোয়গুম্বা অমা লৈগদবনি হায়না।

বিধু—হোয়নে হোয়নে। অহ্নু কালা, শেল অসিবু হয়েং…।

কালা—হয়েংগী থবকপু হয়েং হায়রিবসিবু … কদায় হৌজিক্ক পীরোনে।

( বিধু শেল লৌথোক্তুনা মশীং থীবা )

শুরেনে শুরেনে— কদায় কদায়।

বিধু—( লুপা ২০০ হু কালাদা পীরগা ) শোয়হনবদি য়াদেকো।

কালা—চৎলো ইপু, শরেং থোংবা চাহুনা মং মুঙাইনা মংবীৰুৱো, লৈপাক্তা থুডুমনা শুবনি। লেংঙো লেংঙো।

বিধু—( চৎকে তৌরুৱগা ) অহ্নু ইশু অহ্নুগী মমিং মথাদি…।

কালা—এ-এ চুম্মী চুম্মী, মৰু ওইবদি ইকাওবু কাওরুৱে,— করি মমিং কৌবগে?

( কুমার চঙলক্কই )

বিধু— ঙাংবম মধু।

কালা—খঙঙে চৎলো।

কুমার—করি য়ানো খুড়া?

বিধু— এঃ ইবুঙো বাবু…।

কালা—Sir, ইপুগা য়ারী অমা শাজন্নবনি।

কুমার—করি য়ানোনে?

বিধু— হয়েং ইবুঙো বাবুখোয়গী সিফাই থব জৌগনি হায়না ভাজে মতুদা ননাই খুড়াগী ইওশিং অমা—
( কালানা হায়ুহননীংদবা )
মখোয়গী ইণ্টরভ্যু হায়বগী ম্যাওনি হায়, অদুগী ইবুঙো বাবু অমত্তা ইনজগে হায়রদুনা লাকপনি মদুদা কালানা ইবুঙো বাবুদা হায়বিগনি অমত্তং শোয়দনা থবক ফংহনগনি হায়রদুনা পুন্নমক মেন তান্নজরে ।
কালা—ইপু লেংঙো । ( বিধু চংকে তোকে )
কুমার—ঙাইখো খুড়া । কালা করি করি হায়নরবা করি করি কুমম তৌনরবা ?
( কালানা বিধুদা হায়দোকহনু হায়রগুনা ঈঙ্গীত তৌবা )
হায়ও খুড়া করি কুমম তৌনরবা ?
বিধু— ইবুঙো বাবুদা হায়বিহুনা ইও অসি থবক শোয়দনা ফংহনগনি হায়রুনা ননাই কালানা লুপা ২০০ সু লৌরে ।
( কালা খাই লাওব ; কুমারনা কালোদা শু উনা য়েংবা )
ইবুঙো বাবুনা লুংশিবীহুনা ।
কুমার—য়েংঙোই খুড়া, হয়েং সিফাই লৌবগী পরীক্ষা অমিদা ঐ য়াওগদবা নত্তে— ঐনা খুড়াদা নংগী নুংঙ অম শোয়দনা হাপ্লীগনি হায়ব। ঙদবা নত্তে ; থনবদা য়াওগদৌরিবা ঐখোয়গী S. P. সাহেবখোয়দা অহুক ঐনা মাকে অম করিমা হায়জরদি য়াই, মতুন্না শোয়দনা ঙাইগনি হায়বা অরেপ্পা লৈতে, অদুগীসু মথক্তা শেনজা থুমজা অসি ঐনা

কালা—ঙসিদি ঙা অহাওবা চারে হায়না খুঙাইরম্বসিদি মালংগী ফুড়া তাগ্রেদনা।

কুমার—( মনুংদগী ) কালা—।

কালা—লাকচরে Sir ( ফিংনা চেনখিবা )

( শ্যামা মথুংতা চিঠি অমা পায়রহুনা রাখল. তোহুনা থোরকই। ( অদুদগী চিঠি অহু ফাক্তে:ঙুনা পাই ; চিঠিগী মরোল অহু মনুংদগী মাইকতা ফোংদোকলকই) শ্যামা, ঐগী মতিক চাত্রবা রাহৈ খয় অসিনা নহাক্কী অপেনবা ওইগনি হায়না আশা তৌই ; ঐনা ঙসি খঙহনগ্রিবসি করিসু নত্তে— ঐগী লাইবক থিবা পুম্নিগী নিঙমদবা থয়দং খঙহনবগনি ; অচাওরম পাম্বা সমাজ অমদি শেলগী সংসার অসিদা ঐগুম্বা লাইরবা মচা অমনা প্রেমগী উরুম লাংলুবগী অধিকার লৈরমদরে হায়বসি হৌজিক-তদা খঙলরে। মচা নংগীদমক্তা ফননবা থনবনা মখোয়গী মথৌ ওইরবা নখোয়গী ইমানা নংগী দমক্তা মতিকচাবা অমা লেপলে হায়বসি ঐনা তশেংনা খঙলে ; ঐ ইশাগী ওইজবা য়েংহুনা, লাইগুরুগী মশক ওইরবা নাকল অনি-মক্কী অহল লমনগী নীংবসু কায়হন্নীংদে— অহুগা নহাকপুসু অহৈ লমম্না হায়বা ইন্দবা মচা তাহন্নীংদে অহুনা নংনা ঐগী রাখল কাউথোক্লবা হোৎনবনা নহাক্কী অক্ষবা ওইরোইদরা ? ঐনা মতিক চাদবা অমা ওইবনা অস্লান-বদি ঐগীনি। নহাক্না নপুক্নিংদা ঐবু করিগুম্বা অমা

খরগী য়াই অহবু খল্লুগনু, চিঠী রা হৈহে খয়না ঐগী ইচুং শিন-থিবদি ঐগী লাইবক্ক থিবা মাই অসি পুন্না নংগী ননাক্তা লাকপগী থৌনা লৈত্রবননি। অহবু কনানা খংগনি শ্যামা—মীনা নিংবনা অগ্রা—লাইনা ভম্বনা অমা। ইতি—

নহাক্কী
রূপ

[চিঠী অদু থুপচিল্লগা থব্রাই ফুংঙাইতনা রাখল ভৌহনা লৈ; মতম অসিদা আনন্দি চংলক্কই]

আনন্দি— শ্যামা, কনাগী চিঠিনো? [শ্যামা থুমদে]
করি ভৌরে থুমত্রবদি? করি ভৌরবগে নংন নথরাই অদুক ফুংঙাইতনা উরিববু?

শ্যামা— খংলবমক্তদা করিগী হংলিবনো ইমা? ইমাখোয়না ঐবু থাজ য়োঙ্গনবগী থৌরাংলিবদো ঐনা য়ানিংদবা মক্কম থোক্কই। অদুনা ঐবু মীগী মমাংদা হায়রবা ইন্দবী মচা ভাহনবীগনু।

আনন্দি—নহাক্না য়ানিংবা য়ানিংদবা ঐখোয়না উরুক্কম থোক্কে। ঐনা থৌরাংলিবসি নংগী কননবগীদমক্তনি।

শ্যামা – কননবা হোৎনরিবদো নচাদঙ্গি কৎহবা অমা ওইরগে। অদুনা ইমাখোয়বু মীগী মমাংদা চোপহনলিংদহুনা হায়না নিংশিংজহৌরিবসিনি।

আনন্দি – এঃ ঈশ্বিং হংপৎনা চেল্লেনা। হাত্রি ওইরমনি, মতমগী ইরাং খংলমনি হায়রহুনা থক্ খা ওগ্রবগী রঙাং ঙাংগনু। লাইরিক তম্লবসু নখোয় লাইশু খংত্রিবা অঙাংনি।

শ্যামা—ইমা, ঐগীদি ভশেংনা হায়জিরিবসিনি য়ামত্রবদা বি, এ, পাশ তৌত্রিবা কাওবদি য়ুম পানবগী ঐগী আশানৈতে। ঐগী রা করিবত্তা ভাবিদনা ইমাখোয়না নিংবত্র পাংখোক্কে হায়না নিংলবদি নচাবু কৎতে হায়গনি।

আনন্দি--করি, বি, এ, পাশ তৌত্রিবা কাওবা হায়বা ? মতম য়ৈখোক্ৰনা, নংগী মযুম ইংখোল লিংদবা, পু-পাং শুদবা মচা লুরাওবা বি, এ, হু শুাইপে অসিনিনে।

শ্যামা—ইমা, হায়দে হায়নি— ঐগী রা অসে পাবুংদমু ঐনা হায়রবনি। ঐগী য়ুম পানবা— হৌজিক হোরেনগী রা নত্তে।

আনন্দি—নংগী পাবুংনা য়াই হায়বা। নংগী হাকথক্তা নংগী পাবুংগা ঐগা কায়নবা ভারবমু কাইনবা ভারে। নমা ঐমু ঐনা নিংবদি পাংখোক্লবা হোৎনবা ভারে। য়েংঙোই, কুঠী পুহনা চৎলিবসিনি ভাকতে হায়নি, ভাকলিবসিনি, থংহন্দবা নত্তে, থংহল্লিবসিনি। হি, ইশ: হৌজিকী মতমগী হাত্রিশিং অসিদি মমা-মপা রারকদৌরিনে। [শাওনা চৎখিবা; শ্যাম মথরায় জুংঙারভনা লৈহৌবা]

লাইট

---

## ৬ শুবা উৎপা

### চন্দ্রাহাসকী য়ুম – মাঙ্গল

[ মোহিনী ফক্ অমদা কয়রুহুনা লায়রিক লাইগু য়েংহুনা। লৈয়প্পী—মতম অসিদা চহি ৪৫ | ৪৬ শুরবা চন্দ্রাহাস লৌকুমলুবা হল্লকপগী মওংদা মথুংস্তা থাংগোল অমা পায়রুনা মথুং মামনা কংক্রু ওাংক অমা পায়রুহুনা চংলকই। চন্দ্রাহাস মাঙোল মচিদা কয়রুনা ফুরিংথাওদগী মৈখেৎ লৌখোক্লুনা কংক্রু অত্ত মৈ চুহুনা থকই ]

চন্দ্রহাস – ইবেম্মা ! [মোহিনী লাইরিক য়েংবদা ওাদে] ইবেম্মা মোহিনী !

মোহিনী—ওাদ।

চন্দ্রহাস—ননম্মা কদায়দা চৎথি ?

মোহিনী—পাৎতো ওা থম্বা য়েংলুগনি হায়রুনা চৎথি। করি হায়রগে ?

চন্দ্রহাস—কয়রিস্নু হায়দে। ইবেম্মা মোহিনী, নংনা নখিং য়োহিনী ওনখোক্লুনা কে-কু লোৎপিংগুম লোংহুনা ঐপীসিদা লৈরক-লিবসি চহি কুনমুক ফারক্লেদো, মসিদগী কয়াম কুইনা অমুক লোৎথিগে থম্লিবা— কোংদোকপগী মতম ওই-ত্রিবরা ?

মোহিনী – মতম লাকথিগনি, হৌজিকমক্তি ঐপী হায়বা ওবদী থৌনা লৈত্রি।

চন্দ্রহাস—কৈ, কৈ ইবেম্মা, ইবুংদি করিস্নু হায়দে পুন্সি চুপ্পা

লৈগে হায়রবসু লৈহ্রু নংনা হুংঙাইগদবা অহুম য়েংহনা ভো। অহ ইবেম্মা, নবুংনা ভাববু নখোয়গী স্কুল অহুবু হন্দক্কী চহিদগী ক্লাস এইথ কাওবা লৈরগনি হায় অত্তবু নংদি মেট্রিকসু পাশ তৌদে. অত্তম ওঙ্গা ওইবা য়াগদৌ-রিবয়া ?

মোহিনী—য়ানি করিসু কাইদে, ঐনা তম্মীবা তম্মা মথাগী ক্লাস তম্মীরগা লোইরে।

চন্দ্রহাস—ক্লাস এইথ কাওবা লৈরবদি B. A. পাশতৌবা মী অমা ওঙ্গা মক্কোক্ক ওইগনি হায়বদুদি শ্বায়ুংঙি [illegible] ওইদৌরিব্রা ?

মোহিনী—মহুদি তাদ স্কুলগী সেক্রেটরীনা থংলমগনি; তৌবদি ইস্কালদগীম্ম খ্বাইদগীসু ফনা য়াম্না দরথাস থাবকমাল্লে।

চন্দ্রহাস—উঁম। (হৌগৎলকপা) নহাক্কি স্কুল চৎপা মতম ওইড্রিবয়া ?

মোহিনী—পরীক্ষা লোইখিবগী লাইরিক তম্বসু হৌড্রি। তসিদি লাইরিক লাইশু খজিক্কা য়েংগে হায়রহুনা চে অমা পিল্লে—চৎলরোই।

চন্দ্রহাস—ও! (চৎখিবা; মোহিনী লাইরিক য়েংহুনা লৈবা। মতম অসিদা রজনিনা বাং থাহুনা রূপবান চংলক্কই; রজনিনা সুইকেশ অচৌবা অমা পায়—রূপবান মখুৎ লাম নামনা বেদিং অনি পায়রক্কই; মখোয়না পায়রকপা পোৎচৈশিং অহু লৈবাক্কা থম্মী ]

রজনি—ইবেম্মা, ঈবুংঙো চন্দ্রহাসপু লৈবরা ? (মোহিনী লাইরিক

য়েংত্তুনা লৈম্বা] ইবেম্মা ! তাম্বিবরা ?

মোহিনী—(হম্না য়েংখৎলক্কুনা) করি ওইরবনো ?

রজনি—ইবুংঙো চন্দ্রহাসপু লৈবরা ?

(লাইরিক য়েংন য়েংন হম্না য়েংখৎলক্কুনা)! লে, করিগী ওইরবনো ?

রজনি—অমুক্ত উনজগে ।

মোহিনী—তাদ ! (মমাই হেক য়েংখৎলক্কপদা রজনিবু উবা, রজনিস্থু মোহিনীবু মুন্না য়েংবা,ওহাক কৌনবা হমদবা )

রজনি—নত্তে, নহাক্কপু ইবেম্মা ...... ।

মোহিনী—(মমিৎতা পিগী ইম্না হৌত্তুনা কপনিং কপনিং তোত্তুনা) মানি ইনম্মা, ঐ মোহিনীনি ।

রজনি—মোহিনী ! (অনিমক চংশিন্নহুনা কোম্নবা, রূপবান পুমক্তক ওক্পা) মোহিনী, সিদা লেপলিবসি নম্না রূপবাননে ।

মোহিনী—অসিবু ! রূপ ! ইনেগী ইবুংঙো !

(চেনশিন্দুনা রূপবানবু কোনবা)ইনেবু খংজ্রবরা ? ইনেবু কাউরবরা ? ঐ নংগী ননে মোহিনীনে।

রজনি—মোহিনী, ওসি নংবু উনবসিদি ইনম্মদি পুমক্তক ওকখরে মংলা তাইবংলা খংদ্রে ।

মোহিনী—চুম্মী ওকফম থোকই ইনম্মা; ইনম্মদা নত্তে ঐবু খংবা কনানা ওকলোইদবা ল্লাওবগে ? ঐ অসিবু সংসার অসিদা লৈত্রে হায়না মী পুম্নমক্না লৌনখ্রবনি । চহি কূল-

মুকসি ঐ হিংহনা লৈরি হায়বসি কনামতা থংখিরবনি।

রজনি—চুম্মী নহাক শিখ্রে হায়বসি মী পুম্নমক অশুকী মতিক থাজখি,. মহুদি নংগী অশিবা নশাবু তুরেন্দা তাউথরকই হায়নগ্রবনি।

রূপবান—মহুদি ইমা. police কী investigation শোয়বনা খিক্লিনবা রাৎপনা থোকগ্রিবনি। মতম অহুদা কনাগুম্বী তুপী অমগী অশিবঃ মশা তাওথরকপদা লাম্ন লৌখিবননি। অশিগুবা ওম্ন তৈনবাসি য়ারা থোকল্লি।

মোহিনী—চুম্মী, ইয়ানা হায়বা।

রজনি—অসুক কুইবা মতম অসি নহাক্কি মতৌ করম্না অসিদা ?

মোহিনী—ইমিং রোহিনী হায়না ওগ্যোকুনা তাদ চন্দ্রকাসকী মপান্দগী লম অসিগী স্কুল অমগী ওবা ওইহুনা পুন্সি অসি লেপ্লকপনি। ইনম্মা, ঐনা য়ুম থাদোক্লুন. লাকপা মতুং তুমিৎ ৩। ৪ নি লৈরগা তামো লৈখিদবগী ই-পাও ঐ লোয়না তাই, অহুবু মতম অহুদা তামোগী কর্ম্মন-চিংবা য়াওরবগী ঐগী পাঙ্গল লৈখিদ্রে।

রজনি—মতম অদুদা নংগী তামোম্ন কম্না ওমদহুনা লৈবনিনা নংগী অশিবা মশা তুরেলদা তাওথরক্লে হায়বা পাও অহু ফংবদগী নংগী তাযোদো পাথৎহুনা অহুম ........।

মোহিনী—তোকলো ইনম্মা মথা তারগহু; ঐনা তামোবু সং-সার থাদোকহনখিবা তাথরে। রা অহু তাবদা ঐগী থম্মোই অসি পুবা য়ারকতরে। [কপ্পা]

রূপবান—হৈনে, হোৎনবগীদমক্তে হৌজিকপু অমুক কপ্পত্না য়াক্‌-
ছুনা করি কাম্নগদগে ?

মোহিনী—হৈনম্মগা রূপগদি অসিদা লাকপদি করি মরমগীনো ?

(মতম অসিদা চন্দ্রহাস থোরকই)

চন্দ্রহাস—ইতৈবেম্মা ।

রজনি—চন্দ্রহাস, হৈবুংঙো !

চন্দ্রহাস—করি থবকীনো ?

রজনি—নত্তে চন্দ্রহাস, নংগীদা মোহিনী লৈ হায়বা নংনা ঐখোয়দা
থংহল্লক্কবা করিগীনো ?

চন্দ্রহাস—চুম্মী ইতৈবেম্মা মদো ঐগী য়াম্না চাউরবা হৈরাঙ অমনি ।
অদুবু মোহিনীনা হায়বা মতুং ইন্না মহাক্কী মতো য়েংবা
শুমদনা চহি ২০ মুকসি ঐনা মাবু থুপত্না থম্মকপনি ।
অদুবু শুসিদি উমরেদনা । নত্তে, হৈবুংঙোসিদা কনানো ?

রজনি—ঐগী ইচানি ।

চন্দ্রহাস—অসিবু ! যথ শাত্থনা চেনহৌবহৃব ?

রজনি—মতগীদি নং ঐ হন্নুরবসিদি ।

চন্দ্রহাস—হোয়নে চুম্মীনে । নত্তে, হৈতৈবেম্মাখোয়না ঐগীদা
লেংশকপবু ··· ?

রজনি—নচা অসি নখোয় খ্বাইদগী [illegible]অমগী ওঝা ওইগদৌরি ।

মোহিনী—ওঝা ।

রজনি—মখোয়গী স্কুল অতুগী সেক্রেটরীনা মহাক্কী লৈকম চাকম
থৌরাং তৌজিনৈঙদা নহাক্কীসিদা তয়ানি মশানিদং লৈগে
হায়রূনা .... ।

চন্দ্রহাস—মহু ওইরবদি তরানি মঙানিদা নত্তে, লৈবীনিংবা মথৈ লৈবীয় কৈদোবগে। ঐনা শুমজবা সেবা তৌজগনি।

মোহিনী—রূপ, করি স্কুলগী ওঝা ওইগদৌরিবনো ?

রূপবান—ইনে; জামিনী জুনিয়র গার্লস হায়স্কুল হায়মাল্লে।

মোহিনী—অদুদি ঐনা ওঝা ওইরিবা স্কুল অদুনি; নত্তে রূপ নহাক B. A. পাশ তৌরবরা ?

রূপবান—হন্দক্কী চহিদা তৌবনি ইনে।

মোহিনী—মথা তমথবা য়াব্রা ? নংগী কাকা ঐথোরগী তামোচানা নংবু মথা তমথহন্দ্রবরা ?

রজনি—মাগী কাকানদি মথা তমথখো হায়বনি। অদুদা ইনম্মনা নংগী তামোচাদা অসুম ওৎ নৈহুনা লৈবদু ইমুংহুদা নয়া অমসুং ঐগী মাই অসি থম্ফম লৈরকতরে অহুনা—।

মোহিনী—থংলে ইনম্মানা থজিকতং তাকপিবদা ঐনা লোইনা ভাব তারে। ইনম্মা সরোজিনীগী ব্যবাহার খাংবা শুমদহুনা লাকপনি হায়বা। হৌজিক্তি মনে ঐ উনরবনিনা ইয়াবু করিগী বি, এ, ফাওবা তম্লগা তৌরুদগে। করিগী স্কুল ওঝা ওইহুনা পুন্সি লেনগনি। মহাক্না তমনিংবা M· A. থংদে, B· L. থংদে তমনিংবা অদু ঐনা তমহনগনি।

রজনি—অদুবু কদাইদগী শেলনো।

মোহিনী—শেলগীদমক করিমত্তা থনবিরুগদু ঐনা চহি কুননুক ওঝা ওইহুনা তাল্লকপা শেল অসিবু করিদা শিজিন্নগদগে ?

ইয়াগী মহৈ তম্বদা লোইনা শিজিন্নগনি। ঐনা ইয়াগী মহৈ তম্বদা ঐগী লৈজবা পুন্নমক লানৃথোক্নুনা লৈথিত্র বা তাযোগী লমন শিংবা শকচগে। লৈজবা ঐগী ইন্নলনা ওকত্রবস্থ ইশা মীনাই ওইহুনা ইয়াগী মতেং পাংগনি।

চন্দ্রহাস--অহুগী মথক্তা ঐ লৈন্নিব সিদি। ইচাগীদমক্তদি ঐস্থু ওম- জবা মতেং পাংবা য়াইনা।

মজনি—চন্দ্রহাস!

মোহিনী—রূপ, ইনেনা হায়রিবসিনি নং ওবা ওইবা য়াদে, নং নহৈ মথা তমথখিগদবনি। য়ামত্রবদা নং M. A. L. L. B. ওইগদবনি।

রূপবান—অহুবু ইনে মহু কাওবা তম্বগী----।

মোহিনী—মহুগী ভাব্ন ননে ঐ লৈরি।

রূপবান—(হন্নাওনা) ইনে।

( মোহিনীগী মখোং পায়হুনা থুরুম্বা

## বিশ্রাম



# অনিশুবা শরুক

## ১ বাউংপা

ব্রজমনি ডাক্তরনা লৈরম্বা যুম।

(যুমগী মাঙ্গল অমসুং দারিগী শরুক উত্নি; মী লৈনদবগী হৌনবা শুমাংনচিংবা ইংখোলগী অকোয়বত্ত ইশুক্ শুকই; শ্যামা না মাং থাহুনা সত্যবান অমসুং নিপা অমগা চংশুকই; সত্যসান অমসুং নিপাত্ত নেশানা খর খর হায়রে।)

শ্যামা — যুম অসিবু কনানা লৈরম্বনো ?

সত্যবান — ইমাপোকপা ইথৌ ব্রজমনি ডাক্তর হায়বত্তনা লৈরম্বনি হৌজিক্তি ঐগী ওইরে। অহুগা নংগীনিসু হায়বা য়ারে।

শ্যামা — করিনো নংনা হায়রিবদো ?

সত্যবান — অচুম্বা হায়বনি শ্যামা দেবী।

( নেশাগী মৈচাক থাংবা ঙম্মকতবা খোনখোক কাইরকপা মশা খর খর হাইরকপা )

শ্যামা — যু থক্লবরা ?

সত্যবান — ঐ যু থকই হায়বসি শুসিদা খংলিবরা ? হা... হা...হা----হা, ঐদি যু হায়বসে চাক্তা তোংহুনা চারিবনি।

( শ্যামা কিহুনা চেনগে তৌবা ; সত্যবানগা নিপাহুপনা চুরি উংহুনা তুং মাং থংপা) হা ..হা ... হা, ঐখোয়গী খুংগংগী নানখোক্লপদি য়াগনি।

নিপা — অহুগা লাও-খোংগে নিংলবদি পাম্মুবা পুজি অহু পাম্মু পাম্মু লোইগনি।

সত্যবান — ঐ হিংচাবা নত্তে কিয়শু তৌগশু। য়াগী বা নিংখিনা

ঙাংনসি। থর়াইগী থর়াই ওইরিবী নহাক্পু ঙং নৈবদি লাইদনা তুংশিংনা ফাওবা নংবু কয়া হৈহল্লিংদে।

নিপা—করি কানগদগে য়াকোই শুক্লুনা হায়গদবা ঙাদে। দোং দোং হেক্তা হায়দোকউবা।

সত্যবান—হায়গনি ভাই, য়েংঙোই শ্যামা, নংমা ঐগা লুহোংবগী য়াফম অসি নংনা নোংমগী নোংমগী অস্তুম অস্তুম য়েংথো-রকপনা চহি ভরুক হোৎখ্রেদো অদুগা ঐ অসিবু নংনা তুংশিদে হায়বসি ঐনা তশেংনা থংদে। অদুনা নং ঐ লুহোংবসি ওইরয়োই হায়বা খংলদুনা ঙসি নংবু ঐনা…

শ্যামা—অদুগীদমক্তর। কায় য়েড়া ভোয়ে হায়শিন্নদুনা ঐবু মী নৈনদবা য়ুম অসিদা পুশিল্লক্লিবা সে! চোপনিংঙ্গ-বদি থাদোকউ ঐ শিবা কিবা মী নত্তে।

সত্যবান—ঐস্তু মদু খংনা খংনা ঐগী অনিংবা অসি পাংথোক্লগে হায়দুনা থবক পাইখৎলবনি। শ্যামা; ঐস্তু নংগীদমক চোপ্পা কিবা মী নত্তে। ঙসিদগী হৌনা নং অসি ঐগী ওইবগে হায়না লেপগ্রে।

শ্যামা—মদুয়া ভাও, থরাই য়াওদবা হকচাংদি নংগী ওইখিবা য়াই অদুগা থরাই য়াওবা হকচাংদি নংগী ওইবদি হন্নকী মপোক্তদি ওইখোকয়োই।

সত্যবান—মদুনা নংগী অয়েপ্পা ওইরগত্রা?

শ্যামা—তুংগীমক ওইরবস্থ ঐদি ঙা চগৎ, চগৎ ঙাংবা মী নত্তে।

সত্যবান—ভোতুদা শ্যামা, নথোয়গী ইমাগা ঐথোয়গী ইমাগস্থু

য়াম্লরিবনি। খেড়া শেক্কা ভোৎনা ইঞ্চঞ্চ-জনা ঐনা হায়রবা। নহাক্কা ইনবা কৈ।

শ্যামা—ঐখোয়গী ইমানা ঐবু কৈ· কৈশুম্মা মহাক্কা পিনিংবা মক্কমদা পিবা ওমদে হায়বসি নখোইগী ইমানা খংদমাল্লে!

সত্যবান—হু—হু—হু—,অহুক য়াম্মা নাপল ভৌবা। কৈ অত্তু ওইরদি, নং অসিবু ঐগী ওইগে হায়না লেপল্লবসিদা ঐগী অনিংবনা কায়বা ভায়বস্তু নংগা ঐগী থবাইগা শিম্ম রমগনি, মত্তু ক্কাওবদা নিংহম্মরোইদবা ঐনি। (নিপাদা) ভ ই, চংল্লু, গাড়ী start তৌনবা ভৌয়ম্মো—পুম্সিসিমগী ক্কনা থঙোই উইরোইদবা মক্কমদা ঐনা মাবু পুদুনা চংক্কনি। চংল্লু ভাই।

নিপা—ক্করে ভাঙ্গী। (থোকখিবা)

শ্যামা—ভৌম্লু, মহ ক্কি শেভবা চাওথংতবগী থবকনি। মহুক্কা নঙোম্দা ওইজবা কাম্মবা ফংলোই।

সত্যবান—ক্কায়বা কায়নবগী রাদি খোংলগা থংগনি। চংশিল্লুরবনিনা হন্দোকপদি য়াজ্রে। ইয়েননা ঐগী মাং থাদুনা চংল্লু।

শ্যামা—ঐ চংলোই।

সত্যবান—চংলোইদরা ?

শ্যামা—নংনা হায়রগা ঐনা হেক্কো চংক্কদরা ?

সত্যবান—(ছুরি উংথুনা চংশিল্লকপা) লাও খোংগে লিংগম্মু, নং অসিবু ওসি ঈথুংতগী নানখোকখিবা তারবদি বংবু সংসার অসিদদি থনমুলরোইদবনি। লাও চংশি লাও।

(চংশিন্দুনা শ্যামাগী খুজেং পাইগে ভোবা, শ্যামানা হন্দোকপা—; মতম অসিদা বিধু হো হো চেনশিন-লকপা )

বিধু—সত্যবান—! (চেনশিল্লকুনা সত্যবানগা শ্যামাগগী খরক্তা লেপ্পা ) করিনো ইবুঙো মাংলে মাংলে!

সত্যবান -ইপু, ঐগী লম্বীদা অপনবা ওইগনু ; চৎলো মকম অসিদগী থুনা চৎখ্রো ।

বিধু—নত্তে, ইবুংঙো ইপুনা হায়বা ইমু নহাক নেশ গী ময়াইনা খুমচৎখিত্তনা অফ-ফত্তগী মাখল কাওখ্রমাস্ত্রে; নহাকনা ঙসি ঙোরিবসি চুমদে. ফুপীমচা শ্যামা অসে অত্তে অভোপ্পা নত্তে ইমুং মনুংগুম্বনি ।

সত্যবান--ইপু. ইমুং-মচুং ওইরমুরদি ঙসি ঐই রিবা ফিভম ঙসি ওইরমলোইদবনি। মহাক্না ইমুং-মনুং ওইশি য়াদবনা ঙসি ঐনা শাগী লিচৎ চৎলমলিবনি । নত্তে, ইপুনা অসিদা লাক্লিবসিবু কনানা হায়দুনা ভাষ্টনা লাক্লিবনে ?

বিধু—কনানসু হাযদে ইপুনা অসুম থবক অমা চৎলুবদগী থোং-গাল ময়াদা কার থাব উবহুদা চংঙকপনি অচুগা নেশাদা ত উরবা নিপা অমনসু নংগী থোৱাং অসি ঐঙোন্দা লোয়না হায়রম্বদগী লম্বী চৎপা মী অমদসু পাবুংগী নাকোং য়োনবা পাও চেনগ্রবনি।

সত্যবান—(শাওনা) করি হায়বা ইপু, পাবুংগী নাকোং য়োনবা পাউ চেনথরে হায়বা ! হমুবা নংগী করি এখৌ নৈজুনা

পাবুংদা তাকপ্রিবনো ? ঐগী মাংদগী হন্দোকউ ঐঙোম্বা অপনবা ওইগনু, হন্দোকউ ।

বিধু—নত্তে, নত্তে সত্যবান, নংনা ঙসি পাংথোক্কে নিংলিবা থোদোক অসে পাবুং অমম্বুং ইমাগী মাই য়াম্না থুরগনি ! শ্যাম অসে অতৈ অচম্বা মচা নত্তে, নংগী খুড়াইবুঙো কুমার পোলিশ ইন্সপেক্টরনা পোকপনি ।

সত্যবান—পোলিশ পল্লগা নাচুংগদবোই নিংবরা ? মতু থংনা থংনা শ্যামবু ঐনা ঐগী ওইগে তাম্লম্লিবনি । হন্দোকউনে ইপু ।

বিধু—অতুবু অহল লমনগী মাই খুবা থবক শা-ঙাগী লিচৎ অসি চৎত্রবসু ইমাগা শ্যামগী ইমাগা হায়না শিংনতুনা লৈরিবসিদি ।

সত্যবান—হায়ন শিংনবা ! হা…হা…হা, হায়নৈ শিংনৈ হায়তুনা শিরগা লাই প্রসাদ খুনবগী ফিভম তারক্লবদা কনাগী থম্মোয়না পেনগদৌরিবনে ? চহি কয়া হৌখ্রে থৌরাংবা অসি কনানা থাংতুনা লৈবা ঙমগনি । কারদে ইপু, ঐবু মতম মাংহনগনু, শে হন্দোকউ শে । (বিধুগী খুদাং পায়তুনা চিংথোকপা বিধু ভুবা ) ইপুসু অরাবা কংনিংত্রবদি মকম অসিদগী থুনা চৎপ্রো ।

বিধু—সত্যবান, নংগী অসিগুম্বা ফিভম অসিদা মীগী মচা লৈশাবী অমবু থনমলে হায়রগা ইপুনা চৎপদি ইপুগী থরাই লৈরিবমথৈদি ওইথোক্কে ।

সত্যবান—করি ইপু।

শ্যামা—ইপু, নঙুবু থাদোকুনা চৎপিখিহু।

সত্যবান—হা—হা—হা—, অয়ুকচাবা ইনশাংনা মুংদাংদা কাঙরবা মখাং কোল্লবা হক্লবা অসিনা ঐগী ইথুৎতগী নংবু কনবা ঙমগদ্রা? ইপু, থুং খোক্লত্রিবৈদা ইরেননা চৎখো ঐগী পল ওইগে নিংগলু কাওশিং তাক্লনা ভোকনি। লাও শ্যামা চৎশি লাও (শ্যামাগী থুজেং পাইবা বিধুনা হোৎচিল্লকুনা সত্যবানগী মথুং পায়রগা)

বিধু—নত্তে, নত্তে সত্যবান, ইপুনা হায়রবসি অমুক্তা ইল্লুনে। নং অসে ইপুগী ইনমদা চাউরকপা নৎত্রা? ভুংদা খোকলকদোবাগী অন্নাবা খুদোংথিবা পুন্নমক অহু উত্তনা নংনা নিংঙকপদা পল ওইরবনি। নং ইপুনা হায়রবসি অমুকদি ইল্লুবা সত্যবান।

সত্যবান—কান্নদবদা ঐবু মতম য়াল্লা মাংহনত্রেদা, মীনা চৎত্রো হায়রবমক্তদা (খোংপাক্না বিধুবু কাওবা)

বিধু—ফরে, অহুদি নপু ঐসু মুপীমচা অমগী ইজৎ ইকাই খুম্নবা ঙাক্লনবগীদমক থরাইনা লৈরিবনথেদি নংগী নথুক্তা শ্যামাবু থনমইনা চৎপদি চৎলরোই। শ্যামা, ইপুনা হিংলিঙৈদা নংগী মুপী ওইবগী ইজৎ মাংহল্লোই।

সত্যবান—শে-ম্বা, নংনা ঙম্মগা ঐবু অহুক থিংঙু।
(শ্যামাদা) চৎলু। (থুদাং পাল্লহনা চিংবা)

শ্যামা—ইপু! ইপু!

বিধু—সত্যবান [illegible] থাদোকউ। (চংখিনবা)

সত্যবান—চংঙকনু, চংচকনু হায়রিবসিনি। মসে নখোৗ লৈতে অভাভাইনি।

বিধু—ঐনা খাদোকউ হায়রিবসিনি।

(বিধুনা শ্যামাবু কয়নবা হোৎনব। বিধুগা সত্যবানগা খুৎ পাইনদুনা শ্যামাবু মুয়বা শ্যামা নানখোঙ্গুনা মচি অমদা লেপ্পা)

সত্যবান—নখোৗ নৎতনা নখোৗ শারবা অহল নং ঙসি (ছুরিনা পিনা চোবদা। বিধুগা সত্যবানগা ছুরি মুয়বদা বিধুনা খজিনদা ছুরিনা থিনখিদুনা বিধু লোংনা তাবা মৈচাক থাংবা) কমদোই হনুবা, কান্নদবদা অন্নাবা নংলেদো।

শ্যামা—ইপু (চংশিন্দুনা বিধুবু কোনখৎপা) ইপু, ঐগী মরমগী দমক্তা ইপু নংনা ......... (কপ্পা)

বিধু—শ্যা— মা—পাপি অসিগী চুমদবা শাজৎ অসিগীদমক্তা মরাইনা ইশ্বরনা মাগী মতিক চাবা দণ্ড পি—জ-গ-নি (শিবা)

শ্যামা—ইপু (কপ্পা)

সত্যবান—[শ্যামাগী খুজেং পায়দুনা চিংখৎলগা) চৎতুম চৎলু।

শ্যামা—ঐবু খাদোকউ। ঐবু খরাই য়াওনা পুবদি ওইখোক-লোই।

বসন্ত—(মপান্দগী) সত্যবান! সত্যবান,

সত্যবান—পাবুং নংত্রা ? (শ্যামাবু থাদোক্লগা) কৈ ঙসিদি নং নানথোকহৌরো মতুং থুদোং চাবা লাকথিনিদনা।

সরোজিনী—(মপান্দগী) সত্যবান ! সত্যবান !

সত্যবান—ইমা নংত্রা ? করোমদা চৎকনি।

(কোয়েং য়েংলগা নাকল অমরোমদা চেনখিবা, নাকল অমরোমদগী বসন্ত সরোজিনী চংঙকপা।)

শ্যামা—(বসন্তদা থোৎচিন্দুন) কাকা।

বসন্ত—সত্যবান, করোমদা চৎখ্রে ?

শ্যামা—সোমদা চেনখ্রে।

সরোজিনী—শ্যামা, ইবেম্ম, মওং মতৌ করম্না সত্যবাননা নংবু মকম অসিদা ...।

শ্যামা—ইন্দে লবেম্ম, ঐনা কোলেজদগী কুম্মকুম্দা নোং স্নুংশিং কন্না তৌরকপত্তদ সত্যবাননা ঐবু যুম ফাওবা শিনবিরমগে হায়। ঐস্নু ইচম চম্ম য়ারুরে অতুবু কৈ কিচুনা চেল্লগ শওম ওকনৈ হায়বত্ত থোকখরে। অতুবু কাক্না ঐগী মরমগীদমক ইপু বিধূ—।

বসন্ত—বিধু করি তৌরবা ?

শ্যামা—অসিদা ঈনা পুমঙাং ঙাংতুন তুম্বিবা অসিনি।

বসন্ত—করি হায়বা ? (বিধুগী মনাক্তা চংশিন্দুনা য়েংবা সরোজিনী চংশিংন্দুনা য়েংবা) সরো, খুড়া বিধু সংসারসিদা লৈত্রে।

সরোজিনী—(স্নুংশা খিনা কপনিং কপনিং তৌত্নুনা) খুড়াবু লৈত্রে হায়রা।

বসন্ত - শ্যামা খুড় বিধুদি মক্তো করম শিরিংনো ?

শ্যামা—সত্যবাননা হাংপনি।

সরোজিনী—সত্যবান্না !

বসন্ত—সত্যবাননা ! (ভুংঙ্ক'ইত্তবা মীনোক নোক্লগা) হা—হা হা, হে ঈশ্বর, অমসরা ইচানিপা পোকচবগী ভুংভাইবা ইাৱবদো !

সরোজিনী—ইবুংঙো, সত্যবানদি করম তৌনি ?

বসন্ত—মী অমা হাৎলুববদি করি ওইকম থোকই হায়বদু নংস্থ খংলিবনি। পুলিসনা মাবু ফাগনি, বিচার তৌগনি, দণ্ড পিগনি।

সরোজিনী—করি দণ্ড ?

বসন্ত—ফাসি !

সরোজিনী—নত্তে, নত্তে মন্ত ওইবা য়ারোই। (মপান্দা "করি তৌনরবগে" হায়দুনা মীনিন তারক্পা)

শ্যামা, ইবেম্মা, (শ্যামাগী মথোং পায়দুনা) ইন্দোলনা নথোং পায়দুনা হায়জরিবা র' অসে নং কনাদস্থ হায়দোক কম্মু।

শ্যামা—(সরোবু কোনখৎলগা) নত্তে নত্তে ইন্দোলবেম্মা...

সরোজিনী—শ্যামা, নংনা রাসে হায়দোক্লবদি নহাকীস্থ বদনাম ওইগনি।

শ্যামা—বদনাম ! অদুবু ইান্দালবেম্মা ঐনা হায়দোকজ্রবদ্ম মী-না কিডৌ কৌরগদবা ওহাক্তা ঙাইরে।

সরোজিনী—মহাক্ত হায়দোক্নকু নংগীদু বদমান লৈভনবা চৎলে। নং মক্ম অসিদগী খুনা চৎল্লো।

শামা—কাকা ঐ চৎলে (ফিংনা চৎখিবা মপালদা কনা করি তৌরবগে হায়বা মীনিন নকৃশিল্লকপা)

সরোজিনী—ইবুংঙো করি উপাই লৈরিবগে, মীনা ফিঙৌ ফৌরবা তারে। সত্যবানবু মীহাৎপা তাদনবা রাথল অমতদি তৌবিয়ু।

বসন্ত—সত্যবানবু মীহাৎপা তদনবা!

সরোজিনী—মানি ইবুংঙো।

বসন্ত—সরো, নচানিপা কায়নবা পাম্বা নপুরোইবা ঐ কায়নবা পাম্বরা অনিগী মরক্তা অপাম্বা অমা থল্লু।

সরোজিনী—করি হায়বা! ইচা কায়নবা নংত্রগা ইপুরোইবা কায়নবা। (মপান্দগী "মী অমা শিরে" হায়না লাউনরকপা)

বসন্ত—মানি।

সরোজিনী—মতুগী পাউথুম অতুদি নবাই সুপী ওইবী ঐনা কররা পীবা ওমগনি। মতুদি ঐঙোন্দদি নুং অনিগী মরক্তা হা ওইবগুম থোকলেনা। ঐনা পামজবদি লিনসু শিদনবা চৈশুসু তেকতনবা।

বসন্ত—মতুদি য়াররোই। নহাক অনিগীমরক্তা অমদি কায়বা তারে।

সরোজিনী—অতুদি ইবুংঙো, কনাবু ঐনা কায়নবা পামগনি, কনাবু ঐনা কায়নবা পামগনি। নত্তে কনামতা ঐ ---

ঐমক্ত মীহাৎপগী দণ্ডি অসি লৌজরগে। ঐনা হাৎপনি হায়গনি ইবুঙোস্নু চৎপিয়ো। মচাগীদমক্তা মমানা মহুৎ শিনবদা করি রানিংঙাই লৈগনি।

বসন্ত—নত্তে নত্তে সরো, মহু অঙাওবীগী .চাইরোলনি; ঐদি অহল মতমস্নু ওইরবনি, মপা ঐনা মাগী মহুৎ শিনগনি।

সরোজিনী—ইবুংঙো!

বসন্ত—নগা কায়নবর্দি নপুরোইবা কায়নবনা নঙোন্দা অৱাবগী চাং থৱ তাগনি। মমা ওইবগী মথাদা নচবু ঈশ্বরনা মুনথিবদি মুনথিবনি মহু নৎতনদি মমানা মচা কায়নবা ঙমলোই।

সরোজিনী—ইবুঙো।

বসন্ত—সরো, নচা কায়নবগী অৱাবা মৈচাক পুতুনা নংনা লৈবহু ঐনা য়েংহনা লৈবা ঙমলোই।

(সরো হিক্ক হিক্ক কপ্প)

কপকল্লু, মসে সত্যাবানগী মরাল নত্তে মমা মপা ওইরিবা ইবানিনী ইরালনি। নচাবু র রকপা ঙমদবা নচাবু লুং-শিবনা হেনথিবা মমা মপা ওইবগী ফংফম থোকপা দণ্ডিনি।

(মতম অসিদা "বাবু সোমদনি" হয়না লাউনরকপা কুমার I. P; cons. অমস্নুং মী অমা অনি চংলকপা)

কুমার—বসন্তবাবু!

বসন্ত—কুমারবাবু! ঙকপিগন্নু। ঐনা হাৎপনি, মী হাৎপদো ঐনি।

সরোজিনী – ইবুঙো !

বসন্ত – সরো !

(কুমারগী ঈংগীত মতুংইন্না সিফাইনা বসন্তবু গার্ড তৌবা কুমারনা বিধু অশিবা মশা অত্ত য়েংবা লাইরিক লাই-শু ইব।)

কুমার—বসন্তবাবু, কব্রি মরমগী ?

বসন্ত – কুমার মরম অত্ত Police Station থোরগা হায়জগে। অসিমত্তা থংবিয়ু ঐ মী হাৎপনি মী হাৎপবু ফাহনা পুবীয়ু।

কুমার – অতুঙ্গি বাহৌবা যাদ duty গী মথা পোনবনি।

(কুমারগী ঈংগীতনা সিফাইনা বসন্তবু হাটকোরা চনবা)

সরোজিনী – ইবুঙো (কপ্পা)।

লাইট

---

# ২ স্থুবা উৎপা

চন্দ্রহাসকী য়ুম; মাঙ্গোল।

[মোহিনী ক্রক অমদা ফব্রহনা লাইরিক ইহুনা লৈরম্মা রজনিনা ইনশাং নাপি[illegible]দুনা লৈরম্মী]

রজনি—মোহিনী।

মোহিনী—ইনমা।

রজনি—হাযরিবা য়া অসিবু অচুম্বা ওইব্রিগদ্রা ?

মোহিনী—অচুম্বা হায়ববু লৈবাক্তা য়া য়া লাওনরেদনা। ইনম্মা

ঐগী ব্লাথলদদি তামোমক্ত্রা ...গুম্বা থবক তৌরমগনি হায়বসি থাজবা ব্লাংলি

রজনি—অদুনি ইনম্মনা থল্লিবস্মু; নংগী তামোচামক্ত্রা মহুগুম্ব শা ঙাগী শাজং চৎলমগনি হায়বসি থাজবা ব্লাংলি।

মোহিনী—অদুবু ইনম্মা, ঐঃখোয়না ... হায়দুনস্মু মীত্তাংপনি হায়দুনা তামোচাবু ফাগ্রবনিনা ... অমদি লৈরমগনি।

রজনি—অদুবু অমুক্তং চৎদুনা হংবনা করিবরা ?

মোহিনী - হোই ইনম্ম'; চৎলুবনদি ...গনি নৎত্রবদি মীগী মমাংদা ফজদবা অমা লাকনি।

রজনি—নংদি ?

মোহিনী—নত্তে, ইনম্মা ঐদি চৎলোই; ইনম্মনস্মু ঐগী ব্রা অসে কমাদগ্ন কোংদোকপিরুগদু।

রজনি—মহুনা করি নংগী অনিংবনে ?

মোহিনী—ঐগী করিস্মু অম্লিংবা লৈতে। ঐ অসি সংসার অসিদা হিংদুনা লৈরি হায়বসি ...াগুম্বা মী অমত্তা থংহনবা পামত্রে। ইনম্মা, সংসার অসিদা ঐগী অপাম্বস্তু লৈত্রে পেম্মস্ত লৈত্রে ঐগী কত্রবা পুম্সি অম্লিম্বা ইয়া ব্লাপবু মহৈ মথা থরদং তমহনবা ঙমলিবা অসিনা অফবা থর-দংদি তৌরমলে হায়বা অসিদা মুগ্ধাইবা ঙমলি।

রজনি—নয়া ব্লাপনা লো পাশ তৌজরিবসি নংগী নপাজননি মহু-গীদক্ত ইনম্মানা নংগী নকমদা পুম্জিগী লমন তোল্লবনি।

মোহিনী—মচুগীদমক্তা/ করিগী লমননো ইনম্মা করিমত্তা থনবিরুগদ্রু ।

(রূপবান উক্লিনগী ফিজেৎতা চংলক্কই)

রজনি—ইবুঙো ।

রূপবান—ইমা ।

রজনি—নংগী কাকাগী করি পাউ তারক্কই ? নম্দোনচাখোয় উনরকপরা

রূপবান—ইমা, থবক চিনমনখ্রুহনা ঐ চংঙকপা ঙম্মকতরে । হয়েং শোইদনা খুংঙরুগে ।

রজনি—ওস্মোকপনিদা, নং মসি ওম্মোক্লা পাংথোক্‌চামখ্রেদা ।

রূপবান—পাংথোকচারগী রা নীত্তনে ইমা থবকনা ঙহাক হায়দোক লুবা ঙমদহনা তৌরনি । কাকাগী বিচারস্থু মরৌ ভারিমাল্লে ।

রজনি—ঙসি মঙানি রাংলিবা ?

রূপবান—হোই । ইমা, হন্দক্কী থবক অসি কাকানা তৌরমগনি হায়বসি ঐদি ওম্মোক্লা থাজখিদ্রেদা। (হুংশাসর মপি শাংনা হোন্দোক্লগা) ঐঙোনদদি মংগুমনা থোক্কই ।

রজনি—নখোয় ঐখোয়দদি মংগুম্না থোক্লবস্থু মী পুম্নমক্কী মকমদদি ভাইবংদা থোকপ্রেনে ইবুঙো । নংগী কাকাগীদমক্তনি নং ঐগীদি করিস্থু থম্মকম লৈতে; ঙমখিত্রবদি ঙমখিত্রে

ঙম্নবদি নথম্নাই থুবাক্তা হাপড়ুনা নংগী কাকাবু কম্নবা হোৎনগদবনি।

রূপবান—ইমা হন্দক্তী মক্ষম অসিদা কাকাগী লমন শিংবা ওম্নবা ঈশ্বরদা কম্না থুরম্মু।

রজনি—মহুত্তনি ইমাগী লাইনিংস্নু।

রূপবান—হয়েং অসি ইন্দোমচাখোম উনরগা ঈ·প·ও পুম্নমক তম্নগে।

মোহিনী—ইনম্মাস্নু চৎকনি হায়বনি।

রূপবান—ইমাখোয়না চৎপগী করিস্নু কানদে; ইমাখোয় ইনেখোয়দি কাকাগী মঙ্গল ওইনবা ঈশ্বর কম্না নিংবিয়ু, পুম্নমক মাগী মথুক্তনি।

লাইট

——

## ৩ শুবা উৎপা

### বসন্তগী য়ুম

[মী-পোং লাক্লগা কম্নবা কা অহনি; সত্যবান মকোক মরু ইচাউ-চাউনা; চুরূপ থক্তুনা রাথল ভোরগা লৈরম্মী; অহুদগী যুক হৌগৎড়ুনা মথুৎতগী চুরূপ লংশেক্তুনা হংগৎহনদা চৎড়ুনা রাথল ভোহুনা লৈরমই ;

সরোজিনী—সত্যবা।

সত্যবান—এনা হাৎপনি হায়রেদনা থাং মুম্নবদগী থিম্দুনা শিজবনি

হায়রেদনা। ঐগী রা ত্তাদনা করিগী পাবুংনা মী হাৎপনি হায়তুনা চোংথোকলুরিবনো ? ঐন হাৎলগা ---।

সরোজিনী—ভুম্মীন লৈয়ু থা রাংগী মী তানিনে। নংনা হায়রিবা রাতুদি হৌজিক থন্নবগী কান্নবা লৈত্রে হৌথয়ে হৌজিক থন্নগদবদি নংগী পাবুংবু কন্নবা হোৎনগদবনি। কনা উকিল তান্নরুশি হায়বগে কনাদা চংজশি হায়বগে ?

সত্যবান—ঐ খংদ্রে ঐ করিমত্তা খংদ্রে।

সরোজিনী—খংদবা য় বরনে নহাক্না কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনবা নৎতনা নপাগীদমক্ত কনা লাকুনা চেনবীরগনি।

সত্যবান—ঐবু কদাইদা চৎলু হায়বগে, কনাগীদা চেল্লু হায়বগে, কনাগীদা চেল্লু হায়বগে; চৎলুরগে হায়গদবা হাইরো।

সরোজিনী—অম্নবু তান্নসি হায়বনি।

সত্যবান—ঐগা তান্নবনদি ঐঙোন্দগী রাথল করিমত্তা থোক্ররোই কোক্ অসি মৈগুম্না শারে।

(মপালরামদগী কুমার চংলকপা উত্থনা) ইমা, থুন্নাই-বুঙো কুমারগা সিফাই অমা অনিগা লাক্লে)

সরোজিনী—হা।

সত্যবান—ঐ হংঙবা থোক্রবদি লৈতে হায়ন্ন। (চংখিবা)

(কুমার অমসুং কালা Police কী ফিজেৎ শেৎতুনা চংলকই)

সরোজিনী—করি থবক্তী ?

কুমার—করিগী ওইগদগে ? থোকজিবা ঘটনা অসিগী মরমদা

করি তাম্নশিগে হায়ন্তুনা লাংকচরিষনি।

সরোজিনী — ও! (নুংশাশ্বর মপি শাংনা হোম্দোক্লগা) চৌক্রি সোমদা লেংশিনবীয়।

কুমার — কনি। (চেয়ার অমদা ফম্বা)

সরোজিনী — (কালাদা) ইবুঙো, ফম্মো।

কালা—য়ায়া নুংঙাইজরে।

কুমার — কলা কম্মুনে, কম্মুনে।

কালা—sir (য়ায়া ব্যবহার এঠৌনা চেয়ার অমা থর চিংথোক্লগা ফম্বা)

কুমার—বসন্তবাবুগী বিচারদি ঙসি মরিনিদা ঙাইরে; কনাগা করি তানরিবা?

সরোজিনী—মুগী ঐনা করি থংগনি; অদোম থোইগা তান্নজবা নৎতনা কনাগা তাম্নক্লগদগে।

কুমার—উকিল কনানা ……।

সরোজিনী — মতুগী থোরাংগা অমত্তা ভোজত্রি। সত্যবান! সত্যবান!

সত্যবান — (মরুংদগী) করি হায়বগে?

সরোজিনী—নংগী থুড়াইবুঙোথোই লেংঙক্লি। চা দো কপ অনি অহুমদা থুনা শেম্মকউ।

কুমার — তৌবিরুম্ব, তৌবিরুম্ব ঐ হৌজিক্তা থক্চরকপদা ঙাইরি।

সরোজিনী — অদু ওইরবসু কানসি কৈদোবগে। ঙাম্নিবরা সত্যবান ইয়ানা ক্যটলিদা ঈশিং থাংশৎতুনা থনম্বনি। থুনা

শেমকউ।

কুমার—করি করম তৌবদগী থংন-চৈনত্থনা থোকখিবা।

সরোজিনী—(খুদ্ধম থংদবা) করি হায়বা ?

কুমার—করি য়াহৌদগী থোকখিবা ঘটনানো হায়জরিবা ?

সরোজিনী—করি য়াহৌদগীনো হায়বত্থদি ঐদি অত্থক মুরদি থংজহৌরে।

কুমার— অত্থদি কেশ অসি ঙমনবদি উকিলগা করম হায়না তানগনি।

সরোজিনী—মত্থদনিনে ঐনা কোক্ শারিবসে করি উপাই লৈরিবগে ?

কুমার—করে, অত্থদি ঐ রা অমা হায়জগে জান তাবা লিপা নহা অমত্তুং জেলদা চৎলগা য়াম্না থুনা ঙসিরা হয়েংরা বসন্তবাবুগা অমুক্তুং উনহন্দুনা রারি রাত্তাই তৌহনবিরো।

সরোজিনী—হেক্তো উনবা য়াগত্রা ?

কুমার—উনত্রিঙৈগী মমাংদা জেলগী সুপারিনটেন্দেণ্টকী হুকুম অমা হাম্না লৌগদবনি।

সরোজিনী—য়াম্না ফনি মত্থ শোইদনা হোৎনজরগে।

কুমার—অত্থবু উকিল অমবা অমদি তাম্নবা দরকার ওইরে।

সরোজিনী—হৌজিকপু কনা উকিলনা করিবগে ?

কুমার—হৌজিকী মতমদদি উকিপোকতা লৈবা ব্রজেন হায়বত্থনা খ্বাইদগী ফৈ হায়নৈ।

সরোজিনী—করে, মহাক অত্থমক উনজরুরগে। (মতম অসিদা

সত্যবাননা চা কপ অনি পাইদুনা থোরকই; চা কপ অমা কুমারদা পিবা,) অমতুনা নংগী তাদ অসিদা পিয়ু (কালাদা চা কপ তমা পিবা)

তারিবরা সত্যবান !

সত্যবান—করি হায়রবগে ?

সরোজিনী—নংগী খুড়াইবুঙোনা তাকপিরিবদি হৌজিক্কী মতমদা উকিলদি উরিপোকতা লৈবা ব্রজেন হায়রবতুনা খ্বাইদগী কৈ হায়রি ।

সত্যবান—খুড়াইবুংঙোনা হায়রবদি চুম্লমগনি । (চৎখিবা)

সরোজিনী—অদুদি হয়েং অসি অমুক্তু কোরথোকপিরকখোনে ।

কুমার—লাকচগে । অতুগা ঐনা অসিদা লাকপসি কনাগুম্বদদি য়ারীগা তৌবিরুগদু ।

সরোজিনী—থংজয়ে ! (মতম অসিদা রূপবান চংলকই ] রূপ, নং লাকইবরা, লাউ লাউ কম্মু ।

রূপবান—ইন্দোমচা ! খুড়াইবুঙোস্থু লেংখিরক্লম্মী ।

কুমার—লাক্লম্মী ।

সরোজিনী—ময়াম চংতুনা কনবা অমুক্ত হোৎনবীয়ু । উকিল লেপ্লদা শেল চংবমথৈ চংজসদু । য়ুম ইংখোল লোইনা য়োনথোক্কনি ।

রূপবান—ইন্দোমচা করিগী য়ুম ইংখোল য়োম্বোক্কদগে ? কাকাশীদমক ঐ লৈরি । কেশ ঐনা লেপকনি ।

কুমার—হোয়নে; ইচাস্থু উকিলনিনা । অদুদি করিগী য়াকম লৈরি ।

রূপবান—অতূগী ভাম্নজগে হায়তনা লাকচরিবনি।

সরোজিনী—রূপ, ইমাগী ইবুংঙো নংনা নংগী কাকাবু অমুক্ত কম্মু।

রূপবান—পুম্নমক ঈশ্বরগী মথুৎতদি লৈ হায়ববু, ইন্দোমচা কন্নিমতা ন্নাবিরুগনু। কাকাথোয় ইন্দোমচাথোয়না ঐবু মী ওইনবা শেন্দ্রীরূপগী হুন্দক্নী কেশ অসিদা ঐনা মায় পাকচবা ওম্নবদি কাকাগী লমন শিংবা ওইজগে ঈশ্বর কম্না নিংবিয়ু [সরোদা থুরগা]

সরোজিনী—[হরাওনা] রূপ! [ময়ামম্ম হরাওবা]

লাইট

— ——

# ৪ শুবা উৎপা

ব্রজনীনা লৈয়গা কা

[টেবিল মচা অমগী মথক্ত য়ু লিকলি অহাংবা অমন্সু লৈ; সত্যবান মকোক মরু টকা ফানা য়ু হৈ হৈহনা থক্নুনা লৈরম্মী]

সত্যবান—[য়ু খোবুম থম্না চিংহনা থক্লগা গ্লাস অছ টেবিলদা কোক্ লাউনা থম্লগা অন্তাওবগী মীনোক নোকই] হা—হা হা——হা পাপনা অমনা ভোয়গা মহুগী মখেন্না অমনা ফংবা! হা—হা—হা—হা, [মহুদগী থক্কম হন্বিনগা

কপনিং কপনিং তৌদুনা] ঈ মতুমদগী চাউএব য়োক-
পিরক্লবা মচা ঐনা ওকুবা থবক তৌরগা মচাশীদংক্তা
থনবদা চিনবান থক থা কংতুনা লৈরক্লবা চিত্তাদনা মাগী
ফিজেৎ ওইরক্লবা, ঐগী ইপানা ঙসি ঐগী ইহুৎতা জেপদা
ইকায় ফিরুক থুমতুনা অৱা চৈথেং থাংতুনা লৈরী।
[মতম অসিদা সরোজিনী চংলকই] অহুগা ঐনা ----
অহুগা ঐনা অসিদা [অঙাওবগী মীনোক] হা—হা—হা
সরোজিনী—সত্যবান! ইমাগী ইবুঙো!
সত্যবান—কনানো? ইমা! [হেংৎচিন্দুনা সরোজিনী মথুংদা
কোল্লগা মশা হিকথতুনা কপতুনা]
ইমা, ঐনা ইপু বিধুবু হাংপনি ইপাপকীদমক্তা ইশানা
প্রায়শ্চিৎ তৌগনি।
সরোজিনী—নত্তে নত্তে তুম্মীন লৈয় সত্যবান। [সত্যবানগী মচিক
অহু খুৎনা খেল্লগা) য়া অহু অনিরক হয়া পনগনু।
য়া অহু কনাগুম্বনা তাখ্রবদি পুন্নমক ইনৌ নৌনা মথক
মথা ওনখিবা তারে।
সত্যবান—মথক মথা ওনবা হায়বদি ঐনা পাবুংগী মহুৎ শিন্নুবা
তারে অসি নৎত্রা? মহুদা কয়ি চিংনক্ষম লৈবগে?
মচাশীদমক্তুনি মপানা থরাইবু শায়পোৎকুয় থন্দুনা অরাবা
মায়রোং য়াব ঙল্লগা মপাবু কয়নবগীদমক মচানদি কয়িগী
শিবা কিকম পোকপগে? অহুগীনু মথক্তা পাপনা
ঐনা তৌরগা মহুগী মহৈনা ইপাবু কংহনবদি ঈশ্বরনা

কৈদৌঙৈদসু ঐবু ঙাকপিরোইনে ইমা, নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শোয়দনা কংসগদবা ঈশ্বরগী দণ্ডি অদো নচা ঐনা ঙাইহনা লৈবা তারবনি ।

সরোজিনী—সত্যবান, ভুম্মীন লৈগ্নে ইমাগী ইবুংঙা; হোৎনরুবা পূম্নমক অয়েঙ্গদা উৎতা ঘী লৈবগুম থোকপা তারে । ইমাগী রাসি অমুক্তা ঙাথো । নহাক করিসু রারুরগনু নংগী পাবুং অদো ফাঁসিগী দণ্ডিদগী নানথোকলে । গুপ্তগী চহি মঙাদনি নংগী পাবুংনা জেলদা লৈগদবা ! নহাক রা অমত্তা ঙাংগনু ভুম্মীন লৈয়ু !

সত্যবান—ক ি হায়রবা ইমা, পাবু ফাঁসিগী দণ্ডিদগী নানথোক্লে হায়রবা ?

সরোজিনী—নানথোকলে ।

সত্যবান—চহি মঙা জেলদা লৈবা ?

সরোজিনী—উম্, চহি মঙাতনি; করিসু থংহৌরোই ।

সত্যবান—মাং শাংগ্রবা ভুং তেল্লবা, লেমহৌবা পুম্সি থরস্ত ঈশ্বরগী নাম শোন্দুনা জেল্লগদবা অহল ওইরবা ইপানা ঐগী মরমগীদমক্তা চহি মঙা জেলদা লৈবা !

সরোজিনী—মহুৎগীদমক্তা নহাক করিমত্তা খল্লুরগনু ! মতম হায়রবসি করিমত্তা থংহৌরোই উনা উনা অসুম হৌখিগদবনি ! রা অসি নংগী নচিন্দগী অমুক কাংথোক্লগনু ।

সত্যবান—ইমা, নংনদি ঐগীদমক খল্লনা হায়রিবা ! অতুবু ইমা নচা ঐদি খল্লু খল্লুরগা থম্মোই অসি পুমা ম্যায়কতয়ে

হৌজিক্তা নিংঙমদবা মৈনা চাক্লক্লেনে। মচা ঐনা খজিক্তং থেংনা হনজিল্লকপদা মচাগীদমক্তা রাখিবনা তুম্বা হিপ্পা য়াদহুনা অহিং মিশেন থাংহুনা লৈরম্বা ইপানি ঐনা ওক্কবা থবক অমত্তং তৌরুবদা লবাই শাংহুনা কোক·লু ইচাউ চাউনা অঙাওবগী পান্দমগুম কোইচেন চেপ্লক্লবা ইপানা ঐগী ইয়ালগী দণ্ডি লৌহুনা জেলদা চহি মঙা থাংবা অহুবু ঐনা করম্না য়েংহুনা থাংহুনা লৈগনি। নত্তে, ঐ ঙমলোই ঐগী ইয়ালগী দণ্ডি অদো ঐ ইশানা লৌ-গনি।

সরোজিনী—সত্যবান! ইবুঙো, ইমানা হায়বা ইল্লুনে মচাগী অক লুকাইগীদমক্তদি মমা মপা ওইবগী পুক্নিদা অয়া অনা থিদবনি মচাগীদমক্তদি থয়াই কাওবা থাদোক্কদবনি পাবুংনা নংগী নহুং শিন্দুনা জেলদা লৈখিবগীদমক নং কল্লিমক্তা থল্লুগনু।

রূপবান—(মপান্দগী) খুড়াইবুঙো লেংশিনবিরকউ।

কুমার—(মপান্দগী) কনামক্তা উদববু …।

রূপবান—(মপান্দগী) লৈরমগনি, লেংশিনবিরকউ।

সরোজিনী—তুম্মিন লৈমুকো সত্যবান; কনা কনানো লাক্লে।

(সরোনা মু লিকলিনচিংবা লোইশিনবা, কুমার, কালা, রূপবাননা মাং থাহুনা চংঙকপ।)

রূপবান—চংঙক চংঙকুনা ইন্দোলবেম্মাগা শ্যামাগা কদাইদা লৈ-হৌরে।

কুমার—ভুংদা লাকহৌরি মরাইনা চংজরক্লগনি ।

সরোজিনী—লেংশিনবীয়ু ।

কুমার—ফনি; (চেযারদা কম্বা)

রূপবান—(কালাদা) কম্বীয়ু ভাদ ।

কালা—য়ূ্া ফনি : (চেয়ার অমা থম্ব চিংথোক্লনা কম্বা )

সরোজিনী—ময়ামগী মতেংদগী অরাবা থরদং কোকপা অসি করিনা লমন শিংগনি ;

কুমার—ঐখোয়গী করি ইভেং য়াওগদগে ইচা রূপবানগী মপান্দগী ফিভম অসি তারক্লিবনি ।

সরোজিনী—রূপ, ইন্দোমচানা নংগী লমন পুন্সিগী তোল্লগদবনি ।

রূপবান—ইন্দোমচ: নচাদা অদুগুম্বা রাহৈ ভাকপিগনু; ঐনা করি ওমগদ.গ । পূম্নমক ঈশ্বরগী থৌজালনি ।

[সত্যবানদা] সত্যবান !

সত্যবান—দাদা ।

রূপবান—সত্যবান, ঈশ্বরগী থৌজাল থরদং রাংথিবনা ইয়াম্বনা কাকাবু মপুংকানা অরাবদগী কনবা ওমখিত্রে; চহি ৫দি জেলদা লৈবা ম্ভাথরে । মহুগীদমক্তা নং ঋুংঙাইভবা তৌরুরগম্ব ।

সত্যবান—চহি মঙা জেলদা ।

রূপবান—মানি চহি মঙাদনি ।

সত্যবান—দাদানা পাবুংবু কাঁসিগী দণ্ডিদগী কল্লে অদুগা পাবুংনা চহি মঙা জেলদা তাম্বিবা অরাকমদগী ননাও ঐনা কনগনি ।

সরোজিনী — (খুংশাখিনা) সত্যবান ! চৎলো নং ইমুংদা চংগ্রো ।

[সরোজিনীগী মতৌ অত্তু উবদা কুমারনা খাথল তৌই]
নংগী অঙাওবগী চোইরোন অদো মক্ষম অসিদা লোল্লগন্নু

সত্যবান—অঙাওবগী চোইরোন ! হা----হা ·· হা··· ইমা অঙাওবদি অচুম্বতা ঙাংবনি অত্তুনা ঐদি অচুম্বতা হায়গনি।

সরোজিনী — সত্যবান !

সত্যবান—ঐনা পাবুংবু জেলদগী লৌথোক্কনি ।

সরোজিনী — নং চৎখ্রো হায়ব্রিবসিনি— চৎলো মক্ষম অসিদগী ।

রূপবান—ইন্দোমচা,করিগীদমক সত্যবানবু ·ৎপ্রো হায়মনা তাপ্লি-বনো ? মহাক্ক পাবুংবু জেলদগী লৌথোক্কনি হায়ব্রিবসি ঙমত্রবা ফাওবদা রা অঙ তাবদা ইন্দোমচাদি খুংঙাইক্ষম থোকলিবনি। অদুগা ইন্দোমচাদি খুঙাইবগী মরুত্তা মী-পাইরি ।

কুমার — রূপ, ঐনা অসুম থনবদা উদ-থংদবগী মরুমদা মরম অমদি লোৎতুনা লৈরে হায়বসি খুড়ানা তশেংনা থংলে।

সরোজিনী — মরম সুকলৈ লৈতে। করিমত্তা থনবীরুগন্নু অঙাওবগী চোইরোলনি ।

কুমার — অদুবু অঙাওবগী মরাক্তু মত্তাশি ।

সরোজিনী — কোক শানবনি করিমত্তা তাবিরুগন্নু (সত্যবানদা) সত্যবান, নং চৎপ্রো চৎলো ।

সত্যবান—ইমা, ঙসিদি নচাবু থাম্বা য়ারগ্রোই। য়াম্রা মুম্রা থল্লবা

ফুংদা ঐগী ভৌকম থোক্তপা ইথৌনি হায়দুনা লেপপ্রবা ঐগী লাইনিংনি—ঐনা পাবুংবু জেলদগী লৌথোকনি।

সরোজিনী – সত্যবান!

সত্যবান – ইমা! নংহুম মকম অসিদগী চৎপ্রো থোকলক্তদোরিবা থৌদোক অসে নংনা য়েংবা ঙমলোই – চৎখ্রো ইমা।

(সরোজিনী ফুংশাখিবনা হুমানা মশা পুমচোৎ চোৎলক্লে)

কুমার – সত্যবান, নংগী দাদা রূপবান ফাওবনা কনবা ঙমত্রবা নংগী পাবুংবু নংনা করম্না কনগদোরিবনো হায়দু তাশি।

সত্যবান—মিহাৎপদো ঐনি হায়না ইশান্না য়ারবদি

সরোজিনী—সত্যবান।

কুমার—হা…হা….হা… হা মদুবু য়ারবদি য়াম্না লাইত্রেনা মদুদি অঙাওবগী য়ানি সত্যবান!

সরোজিনী—মানি, অঙাওবগী য়ানি।

সত্যবান—ঐনা বিধুবু হাৎপনি। থাজবিদু ঐ মীহাৎপনি। পাবুংগী মহুত্তা ঐবু ফাদুনা পুবিয়ু।

সরোজিনী – নত্তে নত্তে—থাজবিরুগনু। মহাক ঙাওয়বনি;

সত্যবান – ঐবু ঙাওরবা! হা…হা…হা।

সরোজিনী—রাখল চোইদনা ঙাওদনবু মী হাৎপনি হায়দুনা চোং-থোককম থোকপরা? মহাকী পাবুংগীদমক্তা থনবদা রাবা অমদি দুংঙাইত্তবনা মহাক ঙাওরবদি মহাকী মম্না লৌবিরুগনু।

সত্যবান—হায়রিবা মহাক অসে মচা করনবা হোৎনবদা ঙাওরবীনি

মচাবু ভুংশিবগী মৈনা মপুরোইবা কায়নবগী অন্নাবা পকত্রবীনি। ঐবু থাজবীয়ু ঐনা হাংপনি—(মথুং ভিং-থোক্তুনা) ঐবু ফাত্তনা পুবীয়ু।

কুমার—কন্নি মরমগীদমক্তা নংনা হাংজিবা ?

সত্যবান—মরম হায়ববু ঐনা শ্যামাবু।

(মতম অসিদা শ্যামা অমসুং আনন্দি চংলকপা)

ভু, শ্যামা লাক্লে। ঐনা বিধুবু হাংপনি হায়বগী সাক্ষিদি শ্যামানি। ঐনা হায়বা থাজবিজসু শ্যামাদ হংবিয়ু।

(আনন্দী, কুমার, রূপবান, কালা পুমত্তক ওকপা) হংবিয়ু শ্যামাদা পুন্নমক ভাব তাবিগনি।

কুমার—শ্যামা, হায়ব্রিবসি অচুম্বরা ! (শ্যামা থুমদবা)

(সরোগা শ্যামাগা য়েংনবা)

থুম্মু ইপাদা; নংনা অথংবা অউবমথৈ ঐঙোন্দা লোইনা হাইয়ু। (শ্যামা থুমদবা)

সত্যবান—থুম্মু শ্যামা করিগী চিংনম্নিবনো ?

কুমার—থুম্মুনে। থুমত্রবদি ইচানি হায়ত্তনা করিমত্তা য়েংলোই নংবু হৌজিকমক থানাদা পুত্তনা চৎকনি।

আনন্দী—থুম্মুদনা ইবেম্মা নংনা থংবা পুন্নমক।

শ্যামা—অচুম্বনি, ইপু বিধুবু ত্তামো সত্যবাননা হাংপনি ঐহাক ইমিৎমক্তা উহৌই।

কুমার—নমিৎমক্তা উহৌবা ? উম্।

সত্যবান—অচুদি নং নহাননা করিগী হায়দে।

শ্যামা—মচু হায়দোকলুরগা ঐগী বদনাম অমা ওইগদবা লৈ।

কুমার—নংগী বদনামগীদমক অস্তুক চাওনা মাকমবু লোৎতুনা থম্বা হোনবরা? হায়রম্বু কারি বদনামনো?

শ্যামা—তামো সত্যবাননা ঐগী মুগী ওইবীগী ঈজৎ অমদি ইকাই-খুম্নবা মাংহনগে হায়রগা ঐবু ফাদুনা মুম অচুদা পুশিল্লি অচুদগী ইপু বিধু লাকই— । ( কুমারনা ঙাইরিক ইবা ) ইপুনা ঐবু কম্লনবা হোৎনবদা থরাই মাংখিবনি। অতুদগী কাকা বসন্তগা ইন্দ্রোলবেম্মা সরোগা লাকই মচু থংদুনা তামো সত্যবান চেনখি।

কুমার----অচুদগী — -- — .

শ্যামা—অচুদগী ইন্দ্রোলবেম্ম সরোনা ঐবু রা হায়দোকলু হায়-দোক্লবদি নংগীসু বদনাম লৈগনি হায়,—ঐবু চৎলো হায়দুনা তানবদগী ঐসু অচুম লাক্লে—অচুদগীদি কল্লি করম তৌহৌবা ঐ থংক্লে।

কুমার—( সরোদা ) হায়রিবসিবু অচুম্বরা— ? ( সরো থুমদবা ]

সত্যবান—অচুম্বা ঙাক্লনি—ঐনা হাংপনি ; ঐবু ফাদুনা পুখীয়ু—। পাবুংবু জেলদগী থাদোকপিয়ু ।

কুমার—( কম্মম্বদগী হোৎলগা ) কালা— ! ( কুমারগী ইংগিতকী থোরি অমমা সত্যবানবু পুনবা ; সরোজিনী মমায় থুমদুনা হিক্ক হিক্ক কপ্প ) আইনগী মতুংইন্না ইচা মীচা য়োংলৈ মেলৈ নায়বা য় দে। সাক্ষীসু লৈরবাননা মশানসু হাৎলে হায়না চোংথোয়রক্লবনিনা মহাকপু ফাদুনা পুম্বা

তারে। কনানা চুম্বা কনা লানবা হায়বহুদি বিচারশী মতুংদা খংলপনি। রূপ, খুড়াবু য়ারোগদু ; গবর্ণমেন্ট সাভেন্ট হায়বসি duty গী মথা পোম্ম।

সত্যবান—ইমা, পুম্নমক অসে নং ঐনা ভৌজব কম্ম'গী ফল ফংবনি—। থোইদোক্লা নিংঙমদবা ভৌরুগদু— ; ঐ হৌজিক্তদা খঙলরে—মহৃদি পা'বুংনা ঐবু পিক্লিদৈদা ওকসনু শিংসনু হায়না য়ায়কপা মতমদা ইমানা নচা ঐবু মুংশিন্দ্রিবনি হায়হুনা কনখৎ-থোকংহুনা নৌরাংহনবদগী ঙসি নংনা নচা কাইনবগী মৈচাক ফংলিবনি। ঙসি ঐগী পুন্সিগী য়ায়া অসিনা মমা-মচা কয়াগী অনৌবা পাড়া অমদি ওইরগনি মহুদি মমানা মচাবু মুংশিগনি অহুগা মুংশিবহুনা মচাবু মাংহল্লোইদবনি।

সরোজিনী—[ কপ্ল কপ্ল ] সত্যবান — ।

সত্যবান—[ রূপবানদা ] দাদা, দাদানা পা'বুং অমসুং ইমাবু য়েংবিয়ুকো লাইবক থিবা ননাওগী পুন্সিদি খংবা ঙমজ্রবনিদো—।

রূপবান—সত্যবান— ! [ সত্যবানবু কোনবা ] দাদা নৈরি নহাক ইন্দোমচা অমসুং কাকাগীদমক্তা থোইনা য়ারুগদু— । অহুগা নংগী পুন্সিবু ঐনা কন্নবা হোৎনগনি— ; মতম্ পুম্নম: ঈশ্বরবু কাওগন্ন।

সত্যবান—দাদা—। [ কুমারদা ] লেংঙসি—।

সরোজিনী – সত্যবান ! [ কপ্পুনা হোংচিন্দুনা সত্যবানবু কোল্লগা]
সত্যবান !

লাইট

— ——

## ৫ শুবা উৎপা

### সেসন কোর্ট

সেসন জজগী ফমফমদা ফমছুনা লৈ ; এজলাসকী মনাক্তা চেয়ার টেবিল থাত্থুনা লৈরি ; পেস্কার, সরকারগী উকিল রূপবান, ইন্সপেক্টার কুমার চেয়ার অমমমদা ফমছুনা লৈরি ; কোন্সটেবল অমসুং চপ্রাসী লেপতুনা লৈরি।

পেস্কার – [ লেপথংলগা ] Your Honour, ঙসিগী বিচারদি সত্যবাননা বিথুবু হাংপগী ভারত দণ্ডবিধি আইনগী ধারা ৩০২ দা তৌগদৌবা বিচারনি।

জজ—আসামী কৌশিল্লকও— ।

[ চপ্রাসী থোকখিবা, অতুদগী আসামী সত্যবানগী মতুংদা থানানা হাংকরা পায়তুনা মতুং ইল্লকই ; আসামী সত্যবানবু মাগী লেপফমদা লেপহল্লি ]।

সরকারগী উকিল—[ লেপথংলগা ] Your Honour, ঙসিগী বিচার অসিদা অরোইবা সাক্ষী ওইনা শ্যামাগী জবান লৌবীবা তাই।

জজ—সাক্ষী পুশিল্লকউ।

(চন্দ্রাসীগী ইঙ্গিৎদগী সাক্ষী শ্যামা চংলকই; অমসুং সাক্ষীগী লেপকমদা শ্যামাবু লেপহল্লি)

পেস্কার—ইবেম্মা, য়াশকউ।

শ্রীমদভাগবৎনা সাক্ষী ওইগনি। ঙসি ঐনা হায়রজগদৌরিবা য়া পুম্নমক অচুম্বা ঙাক্ক হায়রজগনি।

শ্যামা—(ভাগবৎ শোক্লগা)

ঙসি ঐনা হায়রজগদৌরিবা য়াশিং অসি অচুম্বা ঙাক্কনি; মীনম্বা অমত্তা নত্তে।

সরকারগী উকিল—ইবেম্মা, সত্যবাননা বিধুবু হাৎপগী মরিদা নহাক্না উহোবা অমসুং থংহোবা পুম্নমক অছু কোর্টকী মমাংদা হায়ফু।

শ্যামা—শোক ১৯৬৫ ইং জানুয়ারী থাগী তাং ২০ গী নিংথৌকাবা লুমিংকী লুমিদাংয়াইদা সত্যবাননা ঐবু মী লৈনদবা মুম অমদা পুশিল্লী। ঐনা সাও থোংবদা বিধু চংলকই। বিধুনা ঐবু কয়নবা হোৎনবদা সত্যবাননা ছুরিনা থিন্দুনা বিধুবু হাৎপনি।

সরকারগী উকিল—নহাকপু মকম অছুদা মত্তৌ করম্না অমসুং করি মরমদগী সত্যবাননা পুরকপনো ?

শ্যামা—ঐহাক কোলেজ কুমলকপদা কন্বীদা থেংনহুন সত্য-বাননা মহাকী গাড়ীদা তোংহল্লগা ঐবু মকম অছুদা পুরক্লম্মী, অমসুং নত্তবা লমচৎ চৎকে হায়না থৌয়াংকম্মী।

রূপবান—(হৌগৎলগা) Your Honour, সরকার উকিলগী য়াহং অসিদা ঐনা Objection তৌরি। য়াহং অসি সাক্ষী অসিদা হংবা য়ারোই।

সরকারগী উকিল – Yonr Honour, য়াহং অসি হংবদা করিম্নু কায়বা লৈতে। কেশকী অচুম্বা য়ারী থোরক্কবগীদমক্তা সর[illegible]উকিলনা সাক্ষীদা হংবদা [illegible]না করিম্নু থিংবা লৈতে।

রূপবান—Your Honour, Indian Evidence act কী মতুং ইন্না প্রোসিকিউশননা হায়বদি সরকারগী উকিলগী তরফদগী মশাগী ওইবা সরকারগী শ[illegible]দা লিদিং question হায়বদি পাওথুম য়াওবা য়াহং হংবা য়াদে। মসি আইননা শেংনা ত্তাকতুনা লৈরি। অম্নুনা ঐগী objection অসি লৌবীগদবনি।

জজ—আইনগী মতুংইন্না Prosicutionগী তরফদগী মশাগী সা[illegible] লিদিং question হংবা য়াদে। অদুনা আসামী উকিল রূপবানগী objection অসি ঐনা লৌরে।
(শ্যামাদা) ইবেম্মা, নহাক্কা সরকার উকিলগী য়াহং অদু থুম্বগী দরকার লৈতে। কেশ অসিগী মরমদা নংনা অথংবা পুম্নমক হায়বা য়াগনি।

শ্যামা – তুমিৎ অসিদা সভ্যবাননা ঐবু মুখ অমুদা পুম্নগা নক্তা লমচৎ চৎক্নে হায়না থৌরাংবসি তশেংনা য়ানি। মচু ঐনা ইশা কম্নবগীদমক্তা লাও থোংখি।

সরকারগী উকিল—নংনা লাও থোংবদা কনা কনা মফম অদুদা লাকখি ?

শ্যামা—হোই, ঐথোয়গী ইপু বিধু ঐগী থোনজেল তাবদা মফম অদুদা চেনশিল্লকখি।

সরকারগী উকিল—মহাক চেনশিল্লকপা করি করম তৌখি ?

শ্যামা—ইপু বিধুনা সত্যবানগী অকিবা শক্তং ক্ষুত্ত উবদা মহাকপু অথিল্লা য়াইগনা চৈবা হৌখি অমসুং মহাক্কী মথুত্তগী ঐবু মুন্ননবা হোৎনখি।

সরকারগী উকিল—অদুদগী করম তৌরে ?

শ্যামা—ময়াইক্কাইনা লৈরবা সত্যবাননা ইপু বিধুবু চংশংলু হাই—মদুদা বিধুনা য়াম্রবদা অমসুং নমদুনা মহাক্কী মথুত্তগী কন্ননবা হোৎনবদা সত্যবাননা ছুরি অমা শংতোকুনা বিধুদা থিল্লি।

সরকারগী উকিল—ছুরিনা থিল্লবা মতুংদা সত্যবান করম তৌখ্রে ?

শ্যামা—বিধুনা শোকখুনা তুরবদা সত্যবান অদু কনাগুম্বগী থোনজেল তাদুনা অদুম চেনখ্রে।

সরকারগী উকিল—মফম অদুদা কনা কনা চংলকই ?

শ্যামা—সত্যবাননা চেনখ্রবা তুংদা মহাক্কী মমা-মপা বসন্ত অমসুং সরোজিনী চংলকই। মখোয়না চংশংলগা থৌদোক অদুগী মরমদা হংজি। ঐনা মখোয়দা বিধু অসি সত্যবাননা হাৎপনি হায়না খুম্মী।

সরকারগী উকিল—নংগী য়া তাবদা মখোয়না করি করি হায় ?

শ্যামা—ঐগী মা ভাবদা মখোয়না মাকম অসি কনাগুম্বা অমদা ক্লোংদোকক্লু ঐগী বদনাম শুইগনি হায়খি।

সরকারগী উকিল—অতুনা মাকম অসি ৺সি ফাওবদা কনাগুম্বদা হ'য়দোকতনা লৈরি হায়বসি চুম্বরা?

শ্যামা—হোই চুম্মী। সত্যবানবু ফারবা মতমদা ঐনা মাকম অসি হায়দোকপনি।

সরকারগী উকিল—(ছুরি পাইথৎলগা) মসি নত্রা সত্যবাননা বিধুবু খিনবা ছুরি অদো!

শ্যামা—মানি।

সরকারগী উকিল—Your Honour, একজিভিট No. 1 ছুরি অসিনি। ঐগী সাক্ষীগী জবান লোবা লোইরে।

জজ—আসামী উকিল রূপবাননা সাক্ষীদা ক্রোস তৌবা য়াগনি।

রূপবান—ইবেম্মা শ্যামা, নহাক হায়রদগী সত্যবান অসি থংনৈ হায়বা চুম্বরা? অদুগা থংনবনা চহি কয়া শুরে?

শ্যামা—চুম্মী; ঐগা মাগা থংনবসি চহি ১২/১৩ শুরে।

রূপবান—থৌদোক অসি থোকত্রিঙৈগী মমাংদগী নহাকা মাগা লুচোংনবগী মাকমদা অহল-লমন মশেল য়ানতুনা লৈ হায়দসি চুম্বরা?

শ্যামা—চুম্মী।

রূপবান—অহল-লমন মশেন ঙাংনদুনা য়ানতুনা লৈবসি চহি ৫/৬ শুরে হায়বসি চুম্বরা?

শ্যামা—হোই, চুম্মী।

রূপবান—অহল-লমননা হায়নবদা নংনা য়াম্ফিংদবগী মোট ফিদে হায়বসি চুম্বরা ?

শ্যামা—অহল-লমন মশেল হায়নবগীদমক্তদি ঐনা য়েৎলুবা ওমদে অদুবু · ।

রূপবান—(রা থৎলগা) করে—অদুওনি ঐনা থংনিংবা। রা মথ! ভাত্রবসু য়ায়গনি।

সরকারগী উকিল—Your Honour, সাক্ষীনা খুম্বা রাদ অথিংবা লৈনভা খুমহনবীগদবনি। আসামীগী উকিলনা চিংবা য়ারোই।

রূপবান—Your Honour, সাক্ষীগী মথোদি ঐনা হংবা রাহংগী মঙ্গংদদা খুমগদবনি হেন্দোক্তপা য়ারোই।

সরকার উকিল—Your Honour, অচুম্বা পুরক্লবগীদমক্তা সাক্ষীনা মশানা চোংথোক্তনা পীবা জবান থিংবা য়ারোই।

· অদুনা শ্যামানা মথা তাহনা মরি লৈনবা রাকমদা খুম্বদা থিংবা য়ারোই।

জজ—সরকার উকিলগী রাকম অসি ঐনা চুম্মী হায়না খল্লি। হবেম্বা শ্যামানা হায়নিংবা রা হায়বা য়াগনি।

শ্যামা—ঐনা ওসাই হায়জথিবচুনি। অহল লমন হায়নবগীদমক্তদি ঐনা থিংবা ওমদে। অদুবু ইশানদি সত্যবান অসি থরায়না য়াদে।

জজ—মথা হংথবা য়ায়গনি।

রূপবান—ছুমিং অচৌদা সত্যবান অসি য়ু তাওহুনা লাল্লে মশানা

মশাবু কনট্রোল তৌবা ওম্মমক্তে হায়বসি চুম্বরা ?

শ্যামা — চুম্মী—মুমিৎ অহুদা ঐগা থেংনবা মতম অহুদা সত্যবান অসি য়ু থকপদগী ওাওহনা লাক্লে—মশাবু কনট্রোল তৌবা ওম্মকতরে।

রূপবান—সত্যবাননা মাগী গাড়ীদা চৎথ্রশি হায়বদা নংনা য়েংতে হায়বসি চুম্বরা — ?

শ্যামা — চুম্মী—নোং-মুংশিৎ অকনবা লাকপদা থুদোং চাদহনা মাবু হায়া থংনবা মীশক অমা ওইবগা ইচম চম্মা ঐনা মাগী মতুং ইল্লকঅম্মী।

রূপবান — মহাক্না হায়রিবা মফম অদু য়োরক্লবদা সত্যবাননা নংতবা লমচৎ চৎথিদে হায়বদি চুম্মীদন:-- ?

শ্যামা — থবকমক্তি মহাক্না পাংথোকপা ওমথিদে — । অহুবু হোৎনবদি হোৎনখি।

রূপবান—সত্যবানবু বিধুনা ফুবদা সত্যবাননা মশা ডাকথোক্লবগী হোৎনখি হায়বসি চুম্বরা— ?

শ্যামা — বিধুনা সত্যবানবু ফুবদি নত্তে। অহুবু সত্যবাননা ছুরি শংতোরকপদা মথোয় অনি ছুরি মুন্নথ।

রূপবান—ও! অহুদি সত্যবাননা বিধুবু ছুরিনা থিনবা নত্তে। ছুরি মুন্নবদা বিধুনা শোকথিবনি হায়বসি চুম্মীদনা — ?

শ্যামা—হোই — চুম্মী।

[ জজ অমসুং সরকারগী উকিলনা শ্যামাদা য়েংবা ]

রূপবান—নহাক নত্তনা থোদোক অদু উহৌবা মী অমত্তা লৈতে হায়বসি চুম্মীদনা— ?

শ্যামা—হোই থোদোক অসি উহৌবদি ইত্তোমত্তনি।

রূপবান—[ জজদা ] ঐগী ক্রোস লোইজরে।

জজ—সরকার উকিলনা মথা করি চথংগদৌরি— ?

সরকারগী উকিল—Your Honour, ঐগী অরোইবা সাক্ষী পিজরে। ইন্সপেক্টার কুমার I. O. গী জবান লৌবীগদবদা মঙাইরে—।

জজ—ইন্সপেক্টার কুমারগী জবান পিবা য়ারগনি—।

[ শ্যামা মাগী হায়গী মফমদা ফম্মী ; সাক্ষীগী লেপফমতুদা কুমারনা চংঙক্লুদা লেপ্পী ]

পেস্কার—কুমারবাবু, শ্রীমদভাগবৎ অসি শোরগা অমুক্তা রাশকপিয়ু।

কুমার—শ্রীমদভাগবৎ অসি পায়দুনা রাশকচরি---ঙসি ঐনা হায়জগদৌরিবা রাশিং অাস অচুম্বা ঙাক্কনি—মীনম্বা ওইদবা ওমত্তা য়াওদে—।

Your Honour, বিধু হাৎপগী মরীদা হায়না বিচার তৌদুনা লোইথরে—। মতুগী নরিদা বসন্তনা চহি মঙাগী দণ্ডি কংদুনা জেলদা লৈরিঙৈগী মরক অসিদা অনৌবা প্রমাণ অমসুং সাক্ষীদগী বিধু হাৎপা অসি বসন্ত নত্তে সত্যবাননি হায়বসি মতিক চাবা মরম লৈরদুনা ঐনা কেশ অসি থাংগৎচবনি—।

জজ—নহাক্কী সাক্ষী অমসুং অমসুং প্রমাণগী মরমদা হায়রু – ।

কুমার – Your Honour, অহানবমক্তদা অ সামী সত্যবাননা মশামক্তা বিধুবু হাৎপনি হায়বসি য়াথি। থোদোক অসি থোকখ্রিবদা সত্যবাননা শ্যামাবু মী লৈনদবা য়ুমদা গাড়ীদা হাপতুনা পুবা—মহুদা লোইনবা সত্য-বানগী মরূপ গুলাপ হায়বা অসিনা সত্যবানগী শ্যামাবু নৎতবা লনচৎ চৎনবা য়ুম অদুদ পুশিনবা থংহৌবা সাক্ষী অমনি। অদুগা খ্বাইগী মরু ওইবা বিধুবু সত্য-বাননা হাৎপা উহৌবা শ্যামা অসি সাক্ষী অমনি। অরোইবদা সত্যবানগী মমা অমসুং মপানা বিধু শিদুনা লৈরম্বগী সাক্ষীনি। অদুনা I.P.C. 302 দা মহাক্কপু মতিকচাবা দাণ্ড পীবিনবগীদমক্তা ঐনা কেশ অসি থাং-গৎচরি। অদুগা বসন্তদি মরাল ইরৈ লৈত্তনা মচা কপ্পনবগীদমক্তা হায়জিন্দুনা মশানা দণ্ডি লৌজবনি মহাক্কপু থাদোকপিয়ু।

জজ – আসামী উকিলনা করি হংনিংবা লৈরি ?

রূপবান – ইন্সপেক্টার সাহেব, শ্যামা অসি নহাক্কী নচা নুপিনী। নহাক্কা শাশিন্নবা সাক্ষীনি হায়বসি অচুম্বরা – ?

কুমার—মহু অরানবনি।

রূপবান—কেশ অসি মীনম্বনি – । মহাক্কা সত্যবানবু নমাক ওইবা পাম্নকতবগীদমক্তা শাশিন্নবা কেশনি হায়বসি চুম্বরা ?

কুমার—মত্ত অরানবনি।

রূপবান—Your Honour, ঐ থোইদোকপা মথা হংজররোই।

জজ—সরকারগী উকিলনা করি মথা চথগদৌরি ?

সরকারগী উকিল—সাক্ষী পুম্নমক্কী জবান লোইরবনিনা আসামী সত্যবানগী জবান লৌথোকা য়ারগনি।

জজ—সত্যবান, নংনা শোক ১৯৬৫ ইং জানুয়ারী থাগী তাং ২০ নিংথৌকাবা মুমিৎকী জুমদাংরাইদা গাড়িদা নংগী মরূপ গুলাপকা লোয়ননা শ্যামাবু হাপত্তুনা অহাংবা মীচৈন-দবা য়ুম অমদা পুই হায়বসি চুম্বরা ?

সত্যবান—হোই অচুম্বনি।

জজ—নংনা মফম অদু য়োরবদা শ্যামাবু মশানা য়াদনা নংত্তবা লমচৎ চৎকে থোরাংখি হায়বসি চুম্বরা ?

সত্যবান—ঐহাক য়ুগী নেশানা তাওরদুনা শ্যামাবু লাক-ফানখি। অদুগা ঐনা জ্ঞান তানা থোরাংখিবদি নত্তে।

জজ—মহাক্না শ্যামাবু নত্তবা লমচৎ চৎকে থোরাংবদা শ্যানানা লাও থোংখি অমসুং বিধুনা শ্যামাবু ক্ষম্নবা চেনাশল্লকখি হায়বসি চুম্বরা ?

সত্যবান—হোই অচুম্বনি।

জজ—অদুদগী শ্যামাবু মুনখিদনবগীদমক্তা অমসুং নংগী অরানবা থবক পাংথোক্লবগীদমক্তা নংনা বিধুবু ছুরিনা থিন্দুনা হাৎখি হায়বসি অচুম্বরা ?

সত্যবান—বিধুনা ঐঙোন্দগী শ্যামাবু মুনখিদনবগী হৈশাদা য়াওবা

ছুরি পুথোক্নুনা বিধুবু কিননবা থমকা ভোথি। অদুগা ঐমক্না মহাকপু হাংলগে হায়দুনা অনিংবগা লোয়নননা ছুরিনা থিনখিবা নত্তে।

জজ—অদুদি বিধু করম্না শিথি ?

সত্যবান—ঐহাক্না থমকা হৌবা মতমদা মিধুনা ছুরি মুম্নবা হোৎনখি অমসুং ইবানি ছুরি মুম্নবদা মহাকপু গুম্নবা হোৎবদা ঐগী ছুরিনা মহাকী শোককম চাদবা মফমদা শোকখিদুনা মহাক শিখিবনি।

জজ—অদুদি নংনা বিধু শিবগী মরু অসি থোকহনবনি হায়বসি নশানা য়ারে অমসুং নংবু পোকপা বসন্তনা হাৎপা নত্তে হায়বসি নং নশানা য়ারেদনা ?

সত্যবান—চুম্মী, ঐগী ইপ্পাল ঙাক্কনি। ঐবু পোকপা ইপা বসন্তনা বিধুবু হাৎপা নত্তে।

জজ—নংগী মরালগীদমক্তা দণ্ডি ফংবদা নংগী য়েৎনিঙাই করিমত্তা লৈত্রেদনা ?

সত্যবান—ঐগী ইরালগীদমক্তা দণ্ডি পীবিবা পুম্নমক ঐনা য়াজগনি। মরাল লৈতবা ইপাবু খাদোকপিয়ু।

জজ—হৌজিক আসামীগী জবান লৌবা লোইরে—সরকারগী উকিলগা আসামীগী উকিলগা অয়োইবা য়েৎনবা য়াগনি।

সরকারগী উকিল—Your Honour, কেশ অসিগী য়ামীদি সাক্ষী-শিংনা মতিকচানা কোর্টতা হায়খ্রে। ঐনা লৌহোননা নিংশিংলবদা জান্নুয়ারী তাং ২০ নিংথৌকাবা জুম্নিংকী

হুমিদাংৱাই পুং ৪ তাবদা শ্যামানা খোংলেঙদগী কুমলক-পদা সত্যবান অমসুং মাগী মরূপ ওনলপনা কার অমদা শ্যামাগী মতুং ইল্লগা শ্যামাবু মাগী কারদা তোংহনা চংথ্রখি হায়রখি। মতম অচুদা অথাক অরাওগা লোয়-ননা নোং-মুংশিৎ তৌখি। শ্যামানা নোং-মুংশিৎকী খুদোং চাদবছুদা সত্যবাননা হায়বা মতুংইন্না মহাক্কী গাড়িদা তোংখি। সত্যবাননা খুদোং চাবসি লৌহনা মী লৈতবা অহাংবা য়ুম অমদা শ্যামাবু পুখিনখি। মশানা য়াদনা নত্তবা লমচৎ চৎতুনা মুপীগী সতিত্ব মাংহনগে হোৎনখি। শ্যামানা মশা কন্নবা লাও খোংবদা বিধুনা চেনশিল-লকখি অমসুং শ্যামাবু কন্নবা হোৎনখি। মতমতুদা হিংচা য়াইতম্বগী শাক্তং চৎলবা সত্যবাননা মহাক্কী অনিংবা শাগী লমচৎ পাংথোক্লবগীদমক্তা শ্যামাবু কনগে হোৎনরিবা বিধুবু ছুরিনা থিনখি। শাথিনা শোক্লবা বিধু লাইকন্নবা নংদনা মকমতুদা শিখি। অতুগা অসামী সত্যবাননা মরাল কুপ্লনবগীদমক্তা মকমতুদগী চেনখি—অমসুং মতম কুইনা, মরাল লৈত্রবা মপানা, বল্দি লৈরবা ফাওবদা কোংদোকতনা থাংখি।

জজ—ফরে, কোর্টকী রায়রি খংলে। নংনা আইনগী মরিদা হায়-গদবা হায়রবা য়াগনি।

সরকারগী উকিল—Your Honour, কেশ অমগী মচাক্তি—সাক্ষীগী প্রমাণ অমদি খৌদোক্কী ফিভমগী প্রমাণ অনিনা

পুন্নগা ওং :নি – কেশ অসিগী মতাংদা করিগুম্বা প্রমাণ অমত্তা রাংপা লৈতে। মিৎনা উচৌবা সাক্ষীশী মমুংদা শ্যামা লৈগ্রে। মশাকী জবান অসি করিগুম্বা অমত্তা অকাইবা লৈতে অমসুং থাজরোইদবগী মরম লৈতে। অনিশুবদা আসামী মশামকী মশানা হাংলে হায়না য়াজবা জবান। আইনদা মসিদগী হেন্না কনবা প্রমাণ লৈররোই ঘটনাগী মতাংদসু বিধু শিজুনা লৈরম্বা অমসুং মীনা অথোবা থাংগী থুংলাই অমনা হাৎলমলে হায়বসিসু চিংননিঙাই লৈত্রে। সত্যবাননা বিধুবু হাৎপসি অক্কবা মরমগী নত্তে। সাক্ষীশিং অমসুং প্রমাণনা মতিকচানা উৎলি মতুদি সত্যবাননা মহাকী নত্তবা লমচৎ পাংথোক-নবগীদমক্তা অমসুং মতুদা অয়েৎপা মীপুম খুদিংদমক মানা হাৎকে হায়বগা লোয়নননা ৎবক অসি পাংথোকখি। কত্তবা রাখলগী মতুংইন্না চথরকুবা থবকী মতুংইন্না মরাল লৈত্রবা বিধুনা মথন্নাই থাখি। শিরিবা মীশক অসি শ্যামাসু ওইবা য়ানা লৈরম্মী। করিগুম্বা বিধুনা শ্যামাবু কন্ননবা চংলক্রমত্রবদি মহাকী অনিংবা থুংহনত্রিবা শ্যামাবু মককমতুদা হাৎলম্বসু য়ান লৈরম্মী। সত্যবাননা মহাকী থবকীদমক্তা মকোক্তুগী হৌনা শেম শায়কই হায়বসি মহাকী মরূপ গুলাপকী জবানদগী থংলে। মসিগী মতাংদা Your Honour না নিংশিংবীগদবনি মতুদি সত্যবাননা হায়দগী শেম শাহুনা শ্যামাবু লম্বীদগী থেম-

তুনা পুরকপা, অহাংবা মী ৈশিতবা য়ুমদা নত্তবা লমচৎ চৎননবগীদমক্তা পুশিনবা, অয়েৎপা মী পুম্নমক ৈলোই-শিন্নবগীদমক্তা থোরাং তৌতুনা ছুরি পুরক্কপা অমঙ্ং মাপী থবক পাংথোক্লনবগীদমক্তা অনিংবা অমগা লোয়ননা বিধুবু হাৎপা, আইনদা মসিদগী হেন্না ফজবা অমস্থং অকনবা প্রমাণ অমুক লৈররোই। মমাংদৈ ঙদা থোকথিবা মিহাৎ-পগী কেশতা অসিমুক য়ৌনা ফজবা প্রমাণ ফংবা কেশ থোকথিদ্রি। অদুনা 302 I· P· C. গী মচাক পুম্নমক মপুং ফারে, মহাক্তী দরকার ওইবা প্রমাণ লৈরে অমস্থং অসিদস্থু নত্তনা দুর্গী ওইবীগী সতিস্ববুস্থ মশানা মাদনা মাংহনগে থোরাংবগী দণ্ডস্থু মতিকচানা পীবিবা য়াই। অদুনা সত্যবানবু ফাঁসিগী দণ্ড পীবা নত্তনা অতোপ্পা মতিকচাবা দণ্ড অমা লৈররোই। মহাকপু মতিকচানা দণ্ড পীবনা সমাজগী কান্নবা ওইগনি। অদুনা Your Honour, শাগী লমচৎ চৎলবা মুংশি হৈতবগা লোয়ননা মী হাৎপগীদমক্তা সত্যবানবু ভারত দণ্ডবিধি আইনগী মতুং ইন্না ফাঁসিগী দণ্ড পীবিয়ু।

জজ—সরকার উকিলগী মতিকচাবা আরগুমেন্ট তারে। সত্য-বানবু ফাঁসিগী দণ্ড পীবসিদা আসামী উকিলনা হায়-নিংবা হায়বা য়াগনি।

(ময়াম পুম্নমক খানবা)

রূপবান—Your Honour না চানবীগনি—ঙসিগী কেশ অসি

অতাবা মীনা অমস্তুং সমাজগী মিৎয়েংদা ভূক্কৎচবা অমস্তুং অকিবা কেশনি। সরকারগী উকিলনা মতিক চানা চংয়গ্রে। অদুবু আইন খংলবা সরকারগী উকিল অমস্তুং ইংকাইৎম্লবগী মশক ওইরবা জজ সাহেবনা মতিকচানা বাবহার তৌবা তারবদি ওসিগী কেশ অসিদা খ্রাইদগী মরাল লৈতবা নিপা অমা পুথোক্কপা তারবদি সত্যবান মতোমতনি।

(ময়াম মুরুম মুরুম শোন্নরুনা নিনবগী মখোল)

জজ—ওদর! ওদর! (ময়াম তুম্মীন্না লৈবা)

রূপবান—Your Honour, কেশকী রারিদি সরকার উকিলনস্তু হায়গ্রে অদুবু মহাক্কী রারী অদু অয়াম্বনা শাক্তিম্লবা রারিনি। আসামীগী তরক্তগী শমক্সপনা রারী থর হায়জগে।

জজ—আসামীগী উকিলদা থুদোংচাবা পুন্নমক পিরি।

রূপবান—জানুয়ারিগী তাং ২০ নিংথৌকাবা জুমিৎকী মুংথিল পুং ৪ তাবা মতমদা সত্যবাননা মহাক্কী মরুপ গুলাপকা লোইননা লম্বীদা কার তৌংদুনা হল্লকপা মতমদা মহাক্কী মতম কুইনদগী লুহোংগনি হায়দুনা হায়নদুনা লেরবা শ্যামা আসি লম্বীদা চৎপা থেংনরম্মী। মতম অদুদা অথাক্ অরাওগা লোইননা নোং মুংশিং তৌথি। লমজাওদা মতোমতা তাই-রবা শ্যামানা মতেং লৌননবগীদমক্তা কোয়েং য়েংদুনা লৈরম্মী। মহাক্না নিপা ওইগদোরিবা সত্যবাননা গাড়ী তৌংদুনা লাক্কপা উবদা মহাক্না থাথি অমস্তুং মহাকপু

ময়ুমদা থিনবীনবা হায়জরম্মী—মতম অদুদা সত্যবান অসি ইনথৎলকপা নহা অমা ওইনা মাগী মরুপ গুলাপকা লোইননা য়ু থন্ন থক্লম্মী। শ্যামাবু মানা গাড়ীদা তোংহল্লগা ময়ুম তান্ন থিন্নবগীদমক্তা গাড়ী থোরক্লম্মী। অদুবু থন্ন চৎলবা ভুংদা নোং-স্নুশিং অদু অকিবা ফংনা হেন্‌জিল্লক্লম্মী। স্নুংশিংকী শাফুনা কনমন্‌বনা সত্যবানগী অপিকপা কান্ন অদু থোবদা থুদোংথিবা নংগত্রা স্নুংশাথিরম্মী। অদুনা লম্বী মনাক্তা লৈবা অহাংবা য়ুম অমদা ওহাক চংদুনা পনবা তারম্মী। য়ুম অদু য়োরবদা সত্যবাননা মহাক্কী ওইগদবা শ্যামাদা রাত্নী থন্ন শারম্মী। অদুবু সত্যবান অসি য়ু থক্লক্লমাল্লে থদ্দুনা স্নুংশাথিবা হেনজিন্‌থিবনা সত্যবাননা ইচম্ চম্না রাত্নী শাবা হৌরকপত্নু শ্যামানা থিনা চৈবা হৌরক্লম্মী। তানজা অসিদা বিধু অত্নস্নু নোং-স্নুংশিং পনগে হায়দুনা মী মথোল তাব য়ুম অত্তদা চংলক্লম্মী। শ্যামানা সত্যবানবু চৈথাংবত্নবু,সত্যবাননা শ্যামাদা নত্তবা লমচৎ চৎকদৌরিমাল্লে হায়না চিংনত্নবা বিধুনা সত্যবানবু ফু-চৈবা তৌরম্মী। সত্যবাননা মশা কল্লবগীদমক্তা মনাক অদুদা লৈরম্বা থুংলাই অমা পাইবা তারম্মী। বিধুনা থুংলাই অদু মুনগে হোৎনবদা অমম্ভং মাথো অনি নম্নবদা শোইদুনা থুংলাই অদুনা বিধুদা শোকখি। শোকক্ম চাদনা শোকখিবনা বিধু লাইকল্লবা ন'দনা শিখি। অদুগা বিধু হাত্তবা অসি সত্যবাননা মপাদগী হেননা লুন নিংলবা

মতম কুইনদগী লোইনরক্ৰবা ইমুং অমত্তুদা লৈমীন্নরক্ৰবা মীশক অমনি। বিধুনা শিবা তাররদা খ্বাইদগী অৱাবা শুংঙ্গাইত্তবা ফংগদবা মীশকতি সত্যবাননি।

জজ — আসামী উকিলগী ৱারী অসি সরকার উকিলগী ৱারীদগী য়াম্না খেন্নবা লৈবনা ঐঙোন্দা চিংনহনবা অমা পোকলি।

সরকারগী উকিল — আসামী উকিলগী ৱারী অসি শাশিন্নবা মীনম্বা ৱারীনি। কোর্টনা মসি লৌবীরোইদবনি।

রূপবান — সরকার উকিলনা মতাং অসিদা য়েংপগী অধিকার লৈতে। অমসুং সরকারগী উকিলগী ৱাহৈ অসি জজ সাহেবনা লৌবীরোইদবনি।

জজ — আসামীগী উকিলনা ৱারী শিরবনিনা আইন অমসুং প্রমানগী মরিদা হায়নিংবা হায়বা য়ারগনি।

রূপবান — Your honour, ঐগী ৱারী তাবিরী। ৱারী অসিমক্তনা সত্যবান অসি মরাল লৈতবা নিপা অমনি হায়বসি তশেংনা আইননা উৎলি। তশেংনা হায়রুনা লৈরি মতুদি প্রোসিকিউশননা আসামীগী মপুক্লিংদা শেন শাহুনা হায়দগী ফত্তবা য়াথলগা লোইননা অইংবা মদা cold blooded nature দা মী হাৎপা, মী অতুগী প্রমাণ মতিক চানা লৈরবত্তদা আসামীবু মীহাৎপগী খঙি পিবা য়াগনি। Your Honour, মহাক্কী মুপী ওইগদৌরিবা অহল-লমন মশেল য়ানদুনা লৈরিবা মুপী

অমবু খুদোংথিবা নোং-জুংশিতগী কনবীসগীদমক্তা ফাসিগী দণ্ড ফংবা তারিবরা ?

(ময়াম নিন্‌বা )

জজ – ওর্দার ! ওর্দার !

রূপবান – খুদোং থিরবা নোং-জুংশিংতগী গুহাক পোত্থানবগীদমক্তা শং অমদ থুপ্পগীদমক্তা মহাক্কী ওইগদৌরিবা জুপীদা রারী শাবগীদমক্তা দণ্ড পিগদবনি হায়বসিদি আইনগী লাইব্রিক্কী চেনা অমদা ফাওবা থেংনত্রি – । সরকার উকিলনা ময়সিবু মরালনি, নত্তবা লমচেৎ চৎপনি অমসুং দণ্ড পিগদবনি হায়রবদি সমাজগী মী অমত্তুনা মী ওইনা পানবা ঙম্লরোই । অত্তনা সরকার উকিলগী হেনজিনবা অশাবা রাহৈ অসি অচুম্বা বিচার পূরক্লবগীদমক্তা নত্তে । কোর্ট অমসুং আইনদা ফাগী তৌবনি ।

সরকার উকিল – Your Honour, আসামী উকিলগী কোর্টকী এডিকেৎ করিমক্তা য়াওদবা রাহৈ অসিবু ঐনা objection তৌরি ।

জজ—সরকার উকিল অমসুং আসামী উকিলগী কোর্টকী মতিক চাবা ব্যবহার থমগনি হায়বসি ঐনা থাজে ।

রূপবান – Your Honour, কোর্টকী ব্যবহার থমজবগা লোয়ননা ঐনা মরু ওইবা অহুমশুবা Point অমগা হায়জরি. মগদি সত্যবান অসি সুমিৎ অত্তুদা মুগী নেশানা ঙাওরবা মীশক অমনি হায়বসি সরকারগী উকিলনা য়াঞ্জবা অমসুং

মরু ওইবা সাক্ষী শ্যামানা য়াপ্রবা য়াকম অমনি। অঙাওবা, মশাবু কন্ট্রোল তৌবা ঙমদ্রবা মীনা ঙাংবা য়াঙাং শাজৎপু দণ্ডি পীবা তারবদি অঙাওবা অমতা ঙসি লমজাওদা চৎপা ঙমলরোই, কাসিগী শগাইদা লোইনা কায়রগনি। অদুবু অঙাওবশিংদি ঙসি লমজাওদা নিংতম্না চৎলি। সরক য়গী উকিলনা ঙাওরবনি থল্লবা সত্যবানবু কয়িগী দমক্তু, লমজাওদা নিংতম্না চৎলহনদবগে ? করিগীদমক্তা দণ্ডি পিননবা কাজিল্লিখনো ? Your Honour, সরকারগী উকিলবু থাজবিরবদি অতৈ অঙাওবশুম্না সত্যবানবুসু নিংতম্না চৎপা ঙমজনবা হুকুম পীবিয়ু।

(মফাম নিনবা)

জজ—ওর্দার! ওর্দার!

রূপবান—পুম্নমক অসিগী মথক্তা শাক্ষীগী প্রমাণদা চাউনা লৈরে মতুদি সত্যবাননা বিধুবু হাৎপা নত্তে—মবানি থুৎলাই মুমবদগী বিধু শোকখিবনি অদুনা মসি একসিডেন্টেল্লি শোইখিবনি। সত্যবাননা তৌগে হায়না তৌবা নত্তে, মতুগী প্রমাণসু লৈত্তে। অদুনা ময়াইবক থিবা বিধুগী দথা অসি সত্যবানদসু তাবা য়ারম্ভী। আইননা একসিডেন্টেল্লি শোকপা অমসুং শুৎনবা মুমবদগী শোইথবু দণ্ডি পিদে। ভারতদণ্ডবিধি আইনগী মত্তুংইন্নসু একসিডেন্টেল্লি শোকপবু দণ্ডি পিগদবনি হায়বদি লৈত্তে। সরকার উকিলনসু পুথোকপিবা ঙমলোই। (মফাম নিনবা) অদুনা অরোইবদা Your Honour, ঐনা হায়জরি—

302 I.P.C. দা আসামীবু দণ্ডি পীনবগী করিগুম্বা মচাক অমত্তা লৈতে, অদুগা সত্যবান হায়বতি খুইদগী মরাল লৈতবা অমসুং মহাকী হুংশিন্নবা মপাগুম্মা থন্নবা বিধুনা শোইদুনা শিন্নবদা মদুগী অরাবত্ত পুনবগীদমক্তা হেনজিন্না মরাল য়ারবা পুকচেল চাউরবা মী অমনি। Your Honour না মহাকপু মরাল লৈত্রবা মী অমনি থন্দুনা থাদোকপিয়ু অদুগা সরকারগী কেশ অসি শাশিন্নবা প্রমাণ লৈতবা কেশনি।

জজ — সরকার উকিল অমসুং আসামী উকিল অনিগী আরগুমেন্ট তারে। ঙহাকী মজুংদা হুকুম হায়দোক্লগনি।

(মক্লাম মীপাইনবা, হুল ং লাংবা)

Order ! Order ! সাক্ষীগী প্রমাণ, কেশকী রায়, সরকার উকিল আসামী উকিল অনিগী আরগুমেন্ট কুপ্ন নৈনরবা তুংদা ঐহাক অসুম্না লেপলে, মদুদি আসামী সত্যবানবু 302 I.P.C. গী মতুং ইন্না ফাঁসিগী দণ্ডি পীবা য়াবা, কত্তবা রাখলগা লোয়ননা অতেন্না বিধুবু হাং-পগী প্রমাণ মক্তিকচানা কংদে। অমসুং মতাং অসিদা ঐনা আসামী উকিলগী মোট অসি চুম্মী হায়না লৌরে।

(লাংব; হয়াওবা ; জুংঙাইনবা)

Order ! Order ! অদুবু অরাবদি সত্যবাননা চুরিগী মতেং লৌদুনা অহল ওইরবা বিধুগা মশা কনথোক্লবনি হায়দুনা নম্নবা অসি মহাকী হেনজিনবা থবক অমনি।

রূপাঙ্গল ফবা নহা মহাক্না ছুরি পাইহুনা অহল ওইরবা মীওই অমবু থেংনগনি হায়রবসি সাধারণগী রাথলদা ছুরি অসিনা ক'রগুম্ব শোক্লবদি বিধু অসি শিবা য়াই হায়রবসি মশানা ভাবনি। অতুগা মহাক্না মতম কুইনদগী লোইন-রক্লবা সুংশিররবা অহল অচু রাহৈতনা ভাকথোক্লম্বসু য়ারম্মী অচুনা মাঙোন্দা ভাকপা য়াত্রবা মরাল থরা মতুগী দশানা বিধুনা মথল্লাই থাবা অসিগীদমক্তা সত্যবান অসি অনিংবা ফংতবা রাথলদি য়াওদনা ফিভম ভাঙ্গানা য়াদনা মীহাৎপগীদমক্তা ভারতদণ্ড বিধি আইন ধারা ৩০৪ গী মতুংইন্না চহি ৫ থবক শুবা অকনবা কাদোক ওইনা লৈননবগীদমক্তা দণ্ডি পীরি। অদুগা নমজুগী মরাল লৈত্রে হায়না মাবু থাদোক্লবনি।

( I. P. কুমারদা ) আসামী সত্যবানবু জেলদা — ।

( জজ এজলাসতগী হোগৎতুনা চৎথি। ময়াম পুম্নমকসু থোক্লখি; কুমার I. P. অমসুং Con না সত্যবানবু ভাকশেন্দুনা পুথোরকই )।

সত্যবান—( রূপবানদা ) দাদা— !

রূপবান—সত্যবান !

( মনাও নিপা সত্যবানবু রূপবাননা চেৎনা কোমৈ )।

লাইট

## ৬ শুবা উৎপা
### লম্বী

( মিঠাই য়োনবা অহল ওইরবা নিপা অমু মিঠাই উপু অমা পাইরদুনা লাকই ; চপ লেপলগা মফম অদু য়েংদুনা হৌরবা মতম নিংশিংলকই )

মিঠাই য়োনবা — মফম অসিদ্রাইমক্তদনি— । মতম অমদা ঐগী মুংশিরবা অঙাংশিংনা ঙাইতুনা লৈরম্বদো — ! ঙসি মথোইশিং অদু কদাইদা চৎখরে ! মথোইশিং অদু চৎপ্রবস্‌ ঙসি ঐগী মিঠাইগী মঙ্গপতি য়াৎপা লৈরোই — । ঐগী থে ম্রেল তাবদা লাক্কনি----ঐগী মুংশিরবা অঙাং কয়া— !

ঈশৈ

ও ! — হা — ! — চা — !

হো — লাকও — লাকও—

নিঙাই চাউবা লাকও

কপলগমু, মিঠাই ·য়োনবা

নংগী পুড়া লাক্রে — ।

( মতম অসিদা S. I. অমগা Cons. থয়গনা গার্ড তৌদুনা সত্যবান হেম্দকপ চম্দুনা লাকই— কুমার I· P· গা রূপবানগমু ইময়কই ; মিঠাই য়োনবমু উবদা সত্যবান—রূপবান য়েংনৈ )

সত্যবান – ইন্সপেক্টার বাবু মিৎকুপমুক্ত— —।

কুমার—( রাখল তৌরগা ) করিগীদো ?

সত্যবান—মিঠাই য়োনবা অহল অসিগী ঈশৈ অসি –

কুমার—ও ! য়ানি – ।

ঈশৈ – ( মিঠাই য়োনবগী )

নোংফুং ওানবদগী তুম্বিৎ তাবা কাওবা,
লৈরক থুমক্তা কোইনা কোইনা চৎপা,
নংগী থুড়া লাক্লে – ।
হো— লাকও – লাকও – —

( লৈথোরকপদা সত্যবান রূপবানবু উবা )

মিঠাই য়োনবা—নথোয় নত্রা— ? নথোয় অনি নৎত্রো ? চহি ২০ মুক্তা মথাংদা ঐনা মকম অসিদা মিঠাই য়োনবা লাকপা মতমদা – ( সত্যবানদা ) নংনা হায়খিবদো—বাবা, পৈশা অপাকপা অসিগী মিঠাই, য়ামা পীয়ু, হায়খিবা— ! ওসিদি চায়রোইদরা, — ঐগী মিঠাইগী মহাও কাউরবরা ? হাইয়ু – চায়রোইদরা— ? ঐনা অসুক থাপ্পা লাক্লিবসি নথোয় লৈরমগনি হায়বগী আশাদা লাক্লিবনি। ( সত্যবাননা রূপবানদা য়েংঙকপা ; রূপবাননা কুম্বিৎখাওদগী লুপা অমা লৌথোক্লগা )

রূপবান – শে—বাবা, মসিগী মিঠাই থমা পীয়ু— ।

( মিঠাইয়োনবদা শেল পিবা—মিঠাই য়োনবনা মিঠাই থমা লৌথোক্লগা পিবা )।

(কুমারদা) খুড়াইবুংঙো, মিঠাই অসি সত্যবানদা···

কুমার—য়ানি (রূপবাননা সত্যবানদা মিঠ:ই ময়াদা ইনবিবা)

মিঠাই য়োনবা—মতম অমদা নংনা লৈরগা মানা চারম্মী, ওসিনা

মানা লৈরগা নংনা চাবা অহুবু ঐঙোন্দদি চপ মায়ে।

ঙাইশৈ

ভুঙাই য়াইকবগী মচা কয়া ওইশনু

লাইরবগী মচা কয়া ওইসনু।

মথোয় মথোয়গী মচিন্দদি

ঐগী মিঠাইগী মহাওদি চপ মায়ে।

হো লাকও লাকও

নিঙাই চাউবা লাকও।

কপ্পগস্তু, মিঠাই য়োনবা

নংগী খুড়া লাক্লে।

নোং-কুং ঙানবদগী

মুমিৎ ভাব কাওবা

লৈরক-খুল্লকতা

কোইনা কোইনা চৎপা

নংগী খুড়া লাক্লে।

কলিকাত্তদগী এয়োপ্লেননা পুরকপা

মঙ্গোমগী মিঠাই চিনিগী মিঠাই

চেনা য়োম্বা মিঠাই

হাওর হাওরবা খুর-খুরবা

মিঠাই নখোয়গী য়াওরি।
হো লাকও, লাকও, নিঙাই চাউবা
লাকও।
(শৈশৈ শঙ্ক শঙ্ক থোকখিবা ; রূপবান সত্যবান মমিস্তা পীগী ইয়া চেন্দুনা য়েংচনা লৈছোই)
লাইট

---

## ৭ শুবা উৎপা

### বসন্তগী রুম

(মী পোং লাক্লগা কয়নবা কা অছনি ; বসন্ত মকোক্ট মরাং থর থর চোয়চুনা মথয়াই ভুংঙাতনা য়াখল ভৌচুনা লৈরম্মী, আনন্দী কা অমরোমদগী চংলকই)

আনন্দী—ইতৈভবুঙো, (চেয়ার অমদা ফম্মী) ইচেবেম্মাদি অচুক য়াম্না কয়া শুমদবা নম্ভেদনা।

বসন্ত—চুম্মী ইবেম্মা; মথয়ায় ভুঙাইতহনা য়াখলনা মশা অসি ইহৈ হৈনিংদবনি।

আনন্দী—কদাইদগীদি ভুঙাইকম থেক্লগদগেদো। ইচানিপা সত্যবানমা ইতৈভবুঙোগী মহুত্তা ভেলদা চৎপ্রেদো।

বসন্ত—অসিগুম্বা মওং মতৌ অসি য়েংনিংদনা ঐনা সত্যবানগী মহুৎশিন্দুনা ঐনা বিধুবু হাৎপনি হায়না চোংথোকজুমনি।

অছুবু মতিকচাবা প্রমাণগা লোয়ননা সত্যবাননা অমুক্ত মান' হাংপনি হায়না চোংথোরক্লে। করিনো ঐনা তৌগদবা! হৌজিক বিচারদা করি থোক্লগবা থংবা ওম-ত্রিদো। মচা ওকুবা পোকপগী অমাবসে মচা অকবা পোকপা মমা মপাদি থংজিরে'ইদকো।

আনন্দী—সত্যবানগী বিচারবু কৈদোইঙৈ তাব্রিবগে ?

বসন্ত—ওসি হাপত্তা অমা য়াংলি। করি থাক্লগদগে খনবদা ঐ মমলে। চিনবান থক-থা কংলে; য়াখলনা চাক ঙৈশিং অমত্তা চাবা য়াখিদ্রে।

আনন্দী—ইতৈবুঙো, থোইদোক্লা য়াবিরুগম্ব। হৌজিক্কি শেলগী সংসারনি শেলনা ওমদবা লৈত্রবনি, ইতৈবুঙোম্সু ইচে-যেম্মসু অনুমা চাগনি থকনি থংদনা চিন্তা তৌদ্রুনা লৈরবদি থবক অমত্তা পাংথোকপা ওয়রোই। অহুগী শন্নকপুদি কেশ অসি করম তৌরগা কগদগে হায়বদো ওয়াথোক্লা তানহৌবনা কৈ।

বসন্ত—মহুবুদি মশানা তায়বনি, কেশকীদি মখাম্বা রূপমু লৈ, মরাখনা অমা মরাইনা তানজগনি।

আনন্দী—রূপবু কদায়দা চংখ্রবগে উদববু ?

বসন্ত—ইতৈমা কৌরুচো হায়রুনা ওসাই অমুক ওত্তা থাখিবনি, মোবু মৌমক্লগনি। ঐদি রূপনা B.L. পাশ তৌরক্লি-বসি ওযোক্লা ওক্লা থোকপ্রে।

আনন্দী—মরুম ওকপা মচা হায়বসিদি উপাই য়াত্তবনিনে। এ, শ্যামাখোয়গী পাবুংসু লাকলে।

বসন্ত—কুমারবাবু ?

আনন্দী—হোই, ইমুং অসি য়ায়দি লাংঙি হায়ববু য়া অমত্তং তানদবা য়াত্রহুনা শ্যামাখোয়গী পাবুংসু লাকলিবনি।

বসন্ত—করি য়ানো ইবেম্মা ? (কুমার চংলক্পা) লেংখিনবীয়ু। (কুমার চেয়ারদা ফম্বা) করি খবরী ? ইবেম্মানা হায়বদি য়া অমা…।

কুমার—হোই; অদুম তোবনি—

বসন্ত—হায়বিয়ু।

কুমার—য়াকম অসি হৌদোকপদা মতাংদি চাঞ্জে অহুবু হায়দবসি য়াজে। সত্যবানগা শ্যামাগা লুহোংসি হায়হুনা লৈনবিদো অহুবু হৌজিক্তি অকাইবা লাক্লবনিনা লুহোংবসে ওইগনি হায়বা খাজত্রে।

বসন্ত—খংজরে, অদু হৌজিক পাম্বীরিববু করিনো ?

আনন্দী—অসিনি ইতৈবুঙো, দুপী হায়বসিদি কুইনা মযুম পাম্জহুনা লৈয়বসু মীগী মীনোক চংঙকইদো অচুপীসু মথক্তা ইচা নিঙোল হায়বসিদি য়াইত্রি কোন্দুনা খক্নগুম লীহুনা খক্নসু য়াদেদো অহুনা…।

বসন্ত—অক্বা অমা য়েংলগা শ্যামাবু খাজ-য়োনজনবা তোয়গে অবি নত্রা ?

কুমার—হোই, বসন্তবাবুগী ইচাদা ইচাবু খাজহুনা বসন্তবাবু-

খোয়গা ঙাইশেল ওইজনিংবদি করি হায়গনি, অদুবু লাই-
বক্লদি তম্মমদ্রেদো।

বসন্ত—লাইবক্লা করিগী তমদনি। ঐগী ইচাদি সত্যবানদ' নত্তে
মাঙোন্দগী হেন্না মতিকচাবা ঐগী ইচানিপা অমা লৈরি।
মঙোন্দা শ্যামা পীবিদুনা ঙায়শেন ওইনবগী আশা অদু
কায়রদনবা শীনবীয়ু।

কুমার—বসন্তবাবুগী কয়ম্বা ইচা ?

বসন্ত—অতৈ নত্তে রূপবাননি। রূপবানদা নচা ইবেম্মা পীবিবদা
মতিক চাদে লায়না লৌবীগত্রা ?

কুমার—(হন্নাওনা) মদুদি মতিক চাবদগী হেন্দোকপ্রবনি; (হৌগৎ-
তুনা) অযুক্তা কোম্নশিবা।

বসন্ত—(হৌগৎতুনা) ঙাইশেলগী ম্নানিনে ?

কুমার—মানি। (হন্নাওনা মথোয় অনি কোম্নবা) সত্যবানগী কেশ
অসি লোয়রগা।

বসন্ত—হনি, বাক্যদান হায়বদু ওসিগীসিদা ওইরবনিকো ?

আনন্দী—বাক্যদানবু অনিরক শুনদবনি ইতৈবুঙো। (মতম অসিদা
রূপবাননা মাং থাদুনা রজনিগা চংলকই)

বসন্ত—ইতৈম্মা।

রজনি—ইবুঙো।

আনন্দী—ইচেবেম্মা।

রজনি—ইবেম্মা। (কুমারদা) ইবুঙো কুমার।

কুমার—ইতৈবেম্মা।

ন্ত—ইতৈমা, ঐনা নংগী নৱা তাদনা নমৌ থিবীরবনি।

নী—হায়রিবসিবু রূপশীরা ?

ন্ত—মানি, (রূপবান ইকাইবা)

নী—কনানো মীশকতি ?

ন্ত—কুমারবাবুগী মচাইবেম্মা শ্যামানি। (রূপবান হরাওবা)

জনী—ও! অহু নহাক্না ঐগী ইমৌ হায়রিবদি করিগীনো. নং; গীদি নমৌ নত্রা ? নংগী নমৌ থিবদবু ঐগী না তাত্রবগু করি অকায়বা লৈবগে ? মশু, রূপবান ননেদি ?

রূপবান—আই, কদায়দা লৈহৌরে ? (চৎথিবা)

বসন্ত—ননে। কনাগী ননেনো ইতৈমা ?

রজনী—চংওক্লগা থংগনি।

কুমার—(ওক্ল) কনাগী ননেনোনে ?

(ময়াম পূম্নমক খোরাংনা ওাইনবা, রূপবাননা মাং থাহনা মোহিনী চংলকই)

বসন্ত—কনা। (ওক্লা য়েংহনা লৈবা)

রূপবান—কাকা, নচল মোহিনী।

ময়াম—(শোনবা) মোহিনী।

রজনী—মানি, ইবুংঙো নচল মোহিনীনি।

বসন্ত—(মথুং অনি ভিংখোক্লনা) মোহি।

মোহিনী—তামোচা [চংশিন্দুনা বসন্তগী মখোং পায়রুনা খুরুম্না]

বসন্ত—মোহি, ইবুংগী ইবেম্মা, মংলা তাইবংলা ভৌরিবসিবু ?

রজনী—বসন্ত মং নত্তে তাইবংনি।

কুমার—মোহিনী।

মোহিনী—ভাবো।

কুমার—নংবুদি ঐখোয়না শিগ্রে হায়না---।

মোহিনী—মদো অয়ানবনি।

কুমার—মতম অহুদা নংগী অশিবা নশানি হায়না ভুরেন্দগী।

রূপবান—মহ কনাগুম্বী অমগী মশা থেংনরুবদা মপা চানরুব হায়বহনি।

কুমার—অঙকপনি, অঙকপনি···।

বসন্ত—অমুক কুইবা চহি অসিদি নংদি····।

রজনী—মহাক্তি ইবুঙোখোয়গী লো উরম্বা মোইরাংগী চন্দ্রহাস-খোয়দা লৈরমলে। চহি ২০ মুকসি মহাক্তি লমতুগী স্কুল অমগী ওঝা ওইহুনা শেল য়াম্না তাম্লয়ে। ঙসি নচা রূপম লো পাশ তৌরিবসি মহাক্কী মপালদগীনি।

বসন্ত—অসিয়া সংসার! কনানা থংবা ঙমগনি মীওবগী খোংচৎ! কুমারবাবু, অঙকপা নজ্ঞা? যুম অসিদগী তোপ্না লৈপ্রবা ইতৈমা অমম্ভং রূপবানবু মোহিনীনা মাগী মনাক্তা থমহুনা রূপবানবু লো পাশ তৌহন্দুনা উকিল ওইহল্লগা যুম অসিগী কানবা মচাক অমা ওইহল্লরে লৈপাক্তা হায়নরি, নিঙোল যুম কাইহনবী হায়না অহবু নত্তে নিঙোল যুম তাইশিন-বীনি। মতং মতং ভত্তুনা চোইনা কেল্লবা ঐগী ইমুং অসিবু ঐগী ইচল নিঙোল মোহিনীনা অকনবা লংলা ওইহুনা হায়গী মতৌওম নিংথিজবা পয়েং ওইহনবীরয়ে।

(প্রয়াম পূরনক হরাওবা)

যবনিকা তপ্না তপ্না হাইত্থিল্লকই।

লোইরবা